# সতী-সাবিত্রী

[পৌরাণিক নাটক]



অইবা

**ভগীরথ সিংহ, শাস্ত্রী**

[ওল মণিপুর ড্রামা ফেস্টিবেল—১৯৬৯ ইংদা "দেবত্ত বাইটব" (পৌবাণিক) হনগ্ঠুবা]

অফোঙবা

**এল, মঙ্গী সিংহ,**

নম্বোল



মমল—লুপা ৩ ৫০

# ৱা অমত্তং

"সতী-সাবিত্রী" অসি অনীগী নাটক অমনি। মহাভারতকী ৱারীদগী নাটক ওইনা শেমদোকপনি। মহাভারতকী "বনপর্ব্বদা" পূক্নীং ৱারবা যুধিষ্ঠিরগী পূক্নীংবু থেমজিনবগীদমক মার্কণ্ডেয় মুনিনা কাম্যবনদা লীখিবা ৱারীনি। ২৪৭ শুমু অধ্যায়দগী হৌবদুনা ২৫৩ শুবা অধ্যায় কাওবগী মনুংদা "সাবিত্রী উপাখ্যান" হায়দুনা য়াওরি।



ঙম্নিবমথৈ মহাভারত পুরাণগী লমীদগী লাপথোক্লনবা হোংনজে। নাটকী রস শুনবা হোংনবদা হাপচিনবা থরদি তঙাইফদবা ওইখে।

হৌজিক্কী সমাজদা, সাবিত্রীগুম্বা নুপীশিংগী লীলা থোইদোক্না কান্নগনি খল্লহনা য়াম্লোকচখিবনি।

লীলা অসি অহানবা ওইনা সঙ্গীত নাটক মন্দির, নম্বোললনা ইংশোক ১৯৬৯গী "ওল মণিপুর ড্রামা [illegible] যাত্রা ফেস্তিবেল" দা উৎপিখ্রবনি। চহী অসিদা লেখকপু পৌরাণিক কেটাগোরীগী "বেস্ত রাইটর" খনবিখি। লীলা অসি কোওদোক্লবগীদমক মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা শেনগী মতেং খরা পাংবিখি।

পুন্নমক অসিগীদমক, লেখক্না সঙ্গীত নাটক মন্দিরগী কলাকারশিং অমদি মণিপুর সরকারগী—নম্মন তোল্লে লৌজরি। অরোইবদা, ঐনা পঙ্গদবা ঙমদবা অমদি, ঐগী হুংশিরবা ঈনাও শ্রীএন, মঙ্গীসিংহনা লাইরীক অসি কোক্লবগী থৌদাং লৌবিবা অমদি লীলা অসি ইবদা পূক্নীংগী থৌনা পীবিখিবা সঙ্গীত নাটক মন্দিরগী সেক্রেটরী, শ্রীএইচ, ইবোতোম্বী সিংহগী মফমদা থোইদোক্ন হুংলাইবা অমদি তৌবিমল উৎচরি।

—অহৈ

# শক্তম তাকপা

নুপাঃ—

১। দ্যুমৎসেন — শাল্বদেশকী নিংথৌ।

২। অশ্বপতি — মদ্রদেশকী নিংথৌ।

৩। সত্যবান — দ্যুমৎসেনগী মচানুপা।

৪। ,, (অঙাং) — সত্যবান্না অঙাং ওইরিঙৈ

৫। মাণ্ডব্য — ঋষি।

৬। নারদ — ঋষি।

৭। মন্ত্রী — অশ্বপতিগী মন্ত্রী।

৮। সেনাপতি — অশ্বপতিগী সেনাপতি।

৯। সেনাপতি — দ্যুমৎসেনগী সেনাপতি।

১০। ভিক্ষুক — চাক্লিবা।

১১। যম — অশিবগী লাই।

১২। ব্রাহ্মণ অনী — যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিং

নুপীঃ—

১। শৈব্যা — দ্যুমৎসেনগী রাণী।

২। মালবী — অশ্বপতিগী রাণী।

৩। সাবিত্রী — অশ্বপতিগী মচানুপী।

৪। সেবিকা — দ্যুমৎসেনগী আশ্রমগী সেবা তৌবী নুপী মচা।

ওল মনিপুর ড্রামা এণ্ড যাত্রা ফেষ্টিবেল—১৯৬৯গী শুভদা অহৌবা ওইনা, তাং ২৭।১।৬৯ ইংদা উংথিবদা য়াওবিখিবা কলাকারশিং :—

নৃপা :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অশ্বপতি | — | শ্রীএল, ইবোমচা সিংহ |
| ২। | দ্যুমৎসেন | — | শ্রীএস, অঙৌমচা সিংহ |
| ৩। | সত্যবান | — | শ্রীএস, ইবোমচা সিংহ |
| ৪। | ,, (অঙাং) | — | কুমারী জি, ধোনী দেবী |
| ৫। | মাণ্ডব্য | — | শ্রীপি, কামিনীমোহন সিংহ |
| ৬। | নারদ | — | শ্রীরাজকুমার সনায়াইমা সিংহ |
| ৭। | সেনাপতি | — | শ্রীএন, কুমার সিংহ |
| ৮। | মন্ত্রী | — | শ্রীএল, মণিহার সিংহ |
| ৯। | যম | — | শ্রীট, তোম্বা সিংহ |
| ১০। | ভিক্ষুক | — | শ্রীপি, যামিনী সিংহ |

নৃপী :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | মালবী | — | কুমারী টিএইচ, মেমা দেবী |
| ২। | শৈব্যা | — | ,, কে, রাধামণি দেবী |
| ৩। | সাবিত্রী | — | ,, জি, সাবিত্রী দেবী |
| ৪। | সেবিকা | — | ,, এল, ইবেয়াইমা দেবী |

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ডিরেক্টর | — | শ্রীএইচ, বিশ্বম্ভর শর্ম্মা। |
| ২। | ম্যুজিক এণ্ড সাউণ্ড | — | শ্রীয়াই, নরেন্দ্র সিংহ |
| ৩। | মেকঅপ | — | শ্রীএল, দিলীপকুমার সিংহ |
| ৪। | কষ্টুম | — | রাজকুমারী পার্ব্বতী দেবী। |
| ৫। | প্রোম্পটর | — | শ্রীএন, নন্দবাপু শর্ম্মা। শ্রীএস, ইবোমচা সিংহ |
| ৬। | ষ্টেজ | — | শ্রীএন, কুমার সিংহ শ্রীএ, লুম্ফেল সিংহ |
| ৭। | লাইট | — | শ্রীএন, মণিহার সিংহ |

ওঁ নমো গণেশায়

# সতী-সাবিত্রী

অহানবা মতাং

## অহানবা উৎপা

[মফম:—অশ্বপতি নিংথৌগী যজ্ঞশালা। মতম:—অয়ুক]

(যজ্ঞশালা মনুংদা যজ্ঞকুণ্ড লৈ, যজ্ঞগী থৌরাং পুন্নমক লৈ), যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণশিংনা বেদ মন্ত্র পাঠ তৌতুনা যজ্ঞগী চাক্লিবা মৈদা হোম কৎলি। নাকওইননা অশ্বপতি, মালবী অনীমক খুকউ লৈতানা খুৎলোন্নানা লৈ।)

মন্ত্রঃ—

সহস্রশীর্ষা পুরুষঃ সহস্রাক্ষঃ সহস্রপাত্।
স ভূমিং সর্ব্বতস্পৃ্ত্বাত্যতিষ্ঠ্দ্দশাঙ্গুলম্॥
পুরুষ এবেদং সর্ব্বং যদ্ভূতং যচ্চ ভাব্যম্।
উতামৃতত্বস্যেশানো যদন্নেনাতিরোহতি॥
এতাবানস্য মহিমাহতো জ্যায়াংশ্চ পুরুষঃ।
পাদোহস্য বিশ্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যামৃতন্দিবি॥

ব্রাহ্মণ—লাইবক ফরবা নিংথৌ! চহি তরানিপাল চৃপ্না তৌরক্লিবা "সাবিত্রী যজ্ঞ" অকায়বা লৈতনা লোইশিল্লক্লে। হৌজিক পূর্ণাহুতিগী মতম ওইরে। অদুনা, রাজ-রাণী অনীগী অপাম্বা বর অদু থম্মোইশেংনা, সাবিত্রী দেবীদগী নিজহৌনবা শেম-শাগিবো। পূর্ণাহুতি পীনবা তৌরগে।

অশ্বপতি—মহাত্মন্! ঐগী থোইদোকপা অতোপ্পা বর অমা নিজ-রোই। ঐনা পামজরিবা হায়ববু. ওসি ফাওবদা ঐগী ঈচা অমত্তা লৈজদ্রি। অদুনা, ঐগী রাজবংশ ডাক্কুনা রাজ্যশাসন তৌনবা মতিকচাবা ঈচানিপাশিং পীনবিবা অসিতনি। মসিতা পীনবিয়ু হায়না যজ্ঞেশ্বর শ্রীহরি অমদি ঈমা সাবিত্রীদেবীদা নিজরি। (অনীমক খুকুম্বা)

(ব্রাহ্মণশিংনা পূর্ণপাত্র পায়খত্তুনা বেদমন্ত্রগা লোয়ননা পূর্ণাহুতি পীবা)।

মন্ত্রঃ—ওঁ যজ্ঞেশ্বরায় স্বাহা॥

ওঁ সাবিত্রীদেব্যৈঃ স্বাহা॥

ওঁ পূর্ণহোমং যশসে জুহোমি সঃ স্মৈ জুহোতি বরমস্মৈ দদাতি
বরংবৃণে যশসা ভামি লোকে স্বাহা॥

ওঁ পূর্ণমদঃ পূর্ণমিদম্
পূর্ণাৎপূর্ণমুদচ্যতে
পূর্ণস্য পূর্ণমাদায়
পূর্ণমেবাবশিষ্যতে

ওঁ শান্তিঃ শান্তিঃ শান্তিঃ ওঁ॥

( যজ্ঞকুণ্ড মমুংদগী সাবিত্রী দেবী লেঙথোরক্কুনা বরমুদ্রা উত্তুনা বর পী, রাজরাণী অনীমক থুংলোন্ননা ঙক্লা য়েংতুনা লৈবা । )

সাবিত্রী দেবী- নিংথৌ । মতমকুইনা নচা ফংলমদবদগী মহর্ষিশিংগী
পাউতাক মতুংইন্না চঙী তরানিপাল চুপ্না যজ্ঞ
যজ্ঞেশ্বর অমদি ঐবু পেলহনবগী ফল ওইনা ঐনা ঙসি
নঙ্ঙোন্দা বর অসি পীরবনি, মতুদি নঙগী বংশ রক্ষাগী-
দমক মতীক মগুণ লৈরবী নচানুপী অমা ফংজরো ।

অশ্বপতি—( শেংথানননা ) ঈচানুপী !

সাবিত্রীদেবী- চিংনগনু নিংথৌ ! নচানুপী অতু অচম্বা ওইরোই ।
তাইবংপানবা পুম্বনা মাগী মগুণ মতম চুপ্নদা শক্করগনি ।
নুপী পুম্বগী ফিদম ওইগনি । সতীশিংগী কোক্কী লৈতেং
ওইগনি, মাগী মপান্দগী নঙনা নীংবা পুম্বা থুংলগনি ।

(সাবিত্রী দেবী মাঙখিবা, ময়াম চপমান্ননা খুরুমজুনা লৈহৌবা । )

[ মৈ মুৎপা ]

# অনীশুবা উৎপা

[ মফমঃ—বনগী লম্বী । মতমঃ—হুমিদাংম্বাইরম ]

( লাইরবগী ফিজেৎ শেৎলবা ছ্যুমৎসেন-শৈব্যা, অঙাং-সত্যবান চঙ্‌লকই । শৈব্যানা ছ্যুমৎসেনবু মখুৎনামনা শমহুনা পুরি, ছ্যুমৎসেন্না ফিরোল ময়োম অমত্তং পুরি, মখুৎয়েৎনা সত্যবানবু শমহুনা পুরি, য়াম্না ৱামনখ্রহুনা চৎপা ঙম্মক্ত্রহুনা লেপ্পী । )

সত্যবান—( মমাদা ) ঈমা ! ঐখোয়না চৎলিবসিবু কদোমদনো, কদাই য়ৌগদৌরিবনো ? ( শৈব্যা খুমদবা )

ছ্যুমৎসেন—ঈবুংঙো ! অচুম-অরান খঙ্‌দবা, মীকুংশি লৈভবা, তমথীবা মীওইবশিং অহুনা লৈতবা অচীকপা মফম অমদনি ঐখোয়না চৎকদৌরিবসি । (শৈব্যাদা) চৎলু শৈব্যা লেপকন্নু, চিংঙুনে ।

সত্যবান—বাবা ! ঐদি অরাম-খৌরাংবনা শিগদৌরে । চরম অসি থ্রক-থ্রক কংথ্রে । রা ঙাঙ্‌বা ফাওবা ঙমশিল্লক্ত্রে । ঙসি নিনি শুরে করিমতা চারক্ত্রিবা । (মমাদা) ঈমা ! নঙ্‌গী ময়োগহুদা অচাপোৎ অমত্তা য়াওদ্রবরা, খজিক্তা পিজোবা । নত্তে ঈমা, ঈশিং খজিক্তা হান্না থক্কে ।

( মপাবুংদা ঙাথখিবা, অহুম্মক ফমথখিবা )

শৈব্যা—ঈমাগী ঈবুংঙো সত্যবান ! ঈমা ঈশিং থিরুগে ঙাইহাক্তা ফম্মু । হা ঈশ্বর ! করম্বা ঈবুংঙো নঙ্‌গী লীলানো ?

মতম পুম্নমক্তা নঙতব্ শোঙ্গবা লৈবাক অমগী নিংথৌ রাণী অনিনা মখোয়গী অমত্তা ভায়জরবা মচাবু অরাম-খোঁরাং কোকহনবা ঙমদ্রবনিদকো ! (মচাদা) ইবুংঙো ! ঈমা ঈশিং থিকখিগে, পাবুংগা ভাইহাক্তা লৈরম্মু। (দ্যুমৎসেন্দা) মহারাজ ! ননাই ঐ অনকপা অম্বাইদা ঈশিং লৈত্রা অমুক্তা য়েংজরুগে।

দ্যুমৎসেন—(স্বরমপী শাংনা হোল্লগা) চৎলু, অদুগা লাপ্পদি চৎপ্র-মুকো রাণী। নঙনা ঐখোয়গী মীৎ-না, খোঙ্-খুং লোইনা থইরবনিদো। শৃক্লবা বনসিদা ঐখোয়বু কুইনা হুন্দোকনু। অদুগা নঙস্ … …।

শৈব্যা— খঙজরে, কুইজরোই ইবুংঙো। ঈচা পিশক অসিগী মতৌ য়েংবা ঙমদ্রদনা তৌবনি।

সত্যবান— ঈমা কুইরকনুকো। ঐ থাঙবা ঙমদ্রে।

শৈব্যা— ঈমাগী ইবুংঙো, ঈমা কুইরক্লোই, পাবুংগা ভাইহাক্তা লৈবম্মু। (থোকখিবা)

দ্যুমৎসেন— (মচাবু নানবিবা. মমিত্তা মপি চেম্থবা, পৃক্লীং ঋাবা খোম্থোকনা) হা ঈশ্বর ! করম্বা নহাক্কী খঙঙমদ্রবা লীলা অমা শাগ্লগে নীংবিহুনা ননাইবু অসিগুম্বা মওংদা থম্বী-রিবনো ? ননাইনা করম্বা অরানবা লৈগ্রহুনা অসিগুম্বা দশাসি ফংলবা ?

সত্যবান— বাবা ! ঈমাম্নু লাক্লে। ঐদি ঈশিং খোঁরাংবনা চরম অসি কংলে। ঋা ভাঙবম্মু ঙমদরে, শোর হোনবা ঋাশিল্লক্লে।

দ্যুমৎসেন—খঙদ্রেনে ইবুংঙো! শূক্লবা বনগী লক্ষ্মী অসিদা ঈশিং ফংদতনা লাপ্পা-পঙচং-চংখ্রবা করিনো? পঙলাপ-লাপ্পদি চংখিন্নু হায়রবমক্তদা। (থম্মোই শোক্না) অঃ, ভন্তোকপানদকো, ঈচাগী অরাম-খোবাং কোকচনবা ভনদ্রবা মপা ঐ অসি লৈবগী অমুক কান্নদ্রবানি, কান্ন-দ্রবা। হৌজিকপু করিনো তৌগদবসি। ঐনা কোযচং চত্তুনা থিগদবসু মীং থাসনা উদ্রবনিনা পাঙ্গল লৈখদ্রে অমরোমদা ঈচা-পিশক অসিমসু মথম্মা। ভগবানগী নোংদম ভাইবা হায়বত্তদা তারে। (খোঞ্জেল রাংনা কোবা) শৈব্যা, হো শৈব্যা!

(শৈব্যানা উনাগী পাত্রদা ঈশিং খরা শোক্লগা তহা তহা চঙলকই।)

শৈব্যা— ঈমাগী ইবুংঙো, সত্যবান! ঈমানা ঈশ পুরক্লে ঈনা লাক্লে।

সত্যবান— (ঈশিং লৌতুনা থকপা) হাউখ্রেদা ঈমা।

দ্যুমৎসেন—বাগী, নঙদি ভন্তোক্লা কুইনা চংখ্রেদা, নঙনা ভাইবদা ঈপা-ঈচাদি ভন্তোক্লা বাকবে। শাংকনা থল্লবা বন অসিদা পূক্নাংসি ভন্তোক্লা চিংনহল্লবানিন।

শৈব্যা— মহারাজ! ভম্বনৈগ খাঙৈল থুনা হাংনজবনি। অত্তদা, ঐখোয় পূন্নমক হুমাং নিনি চুপ্পা করিমতা চারক-থক্কক্ত-বত্তদা হৈ-রা থরস্নু থিজকরে।

দ্যুমৎসেন—ওঃ ওল্লকসিদা হৈ-রাম্ব অমুক থিকবিবা। কন্ডুইদগী ফংলুগদগে। অচুগা, মচু নঙ না ঙমগদবা থবকস্মু নত্তেদা রানী।

শৈব্যা— হৈ-বা থবদি ফজরকই, ইবুঙো। সে-সিদা লৈবে। হাবিবা যাগনি। (শৈব্যানা দ্যুমৎসেনগী মথুক্তা হৈ পীবা, সত্যবান্দস্মু পীবা) চাও ইবুঙো ঈমানা হেক্লক্লিন্ন। ঈচাগী অবাম-খোবাংবগী মৈচাক অচু কোকহনরগে হাযদুনা ঈশ্বরনা পীবিবমাল্লে।

সত্যবান— (মমাদগী হৈ লৌবগা) ঈম নঙগীদি কদায? চাবোইদ্রা? নংস্মু চাও, সে চাবোসে।

শৈব্যা— চাগনি ইবুঙো। মঙগী পাবুংনা হাববগী তুদা কোন্না ঈমানা চাগদবনিনে।

সত্যবান—(মপাবুংদা) বাব। হৈচু চারো। নঙনা চাদ্রিমখৈ ঈমাদি চারোই হায়বি নঙস্মু শোয়দনা লাম্মনগনি। নথোয়্না চাদ্রবদি ঐস্মু চাবোহ

দ্যুমৎসেন—(মতেক মতেক ওইবা বাহৈনা) ইবুংঙো নঙ চাও, নঙদি অঙা ননা লামগনি ঈপাদি করিমতা লামদে। নঙনা চাবগা ঐখোযনা পেল্লিবননে। চাও, চাও। (শৈব্যাদা) শৈব্যা নঙস্মু চাও, ঐগী ঈহুৎশিন্দূনা নঙনা থবক পুম্নমক তৌবে। নঙনা খোথাযগী পাঙ্গল ওইরে। (মপি শিন্তনা) ঈশ্বর। ননাই দ্যুমৎসেনবু কয়াকুইনা তাই-বংপান অসিদা থম্বীখিগদাগ, লৌশিনবিরোগবা, অমুক অরা স থাঙহুনা লৈজনদে।

শৈবো— নাথ! করি অমুক হাযজরসিগে? লৈবাকী নিংথৌ অমনা চাক্লিবী অমদগীস্থ হেন্না তোন্নবা! পুন্নমক অসি মঙ্‌গুম্না থোকশ্রে। তাইবংপান সিদা মীকুপ অমগী মতম ফাওবা পোত্থাফম লৈত্রে। মপোক কন্নাদা তোৗরকপা পাপকী মহৈনা অসিগুম্বা কীভম অসি ওইরিবা?

সত্যবান— বাবা! করিগীনো বাবাগা ঈমাগনা অস্থুক যাম্না রানা উরিবসিবো? কনানা ঐখোয়বু লাকচথ্রবগে? করিগীনো ঐখোয়মা কোন্নুংগী ন্নুংঙাইবা পূন্নমক থাদোক্ত্রনা অশূকপা বনগী লমসিদা চাদ- থক্তনা লাক্লিবসিনা।

দ্যুমৎসেন—ইবুংঙো! মহু ঈপাদা অমুক হংলকনু। মহুগী পাউথুম পীবা ঈপা ঙম্লরোই।

সতাবান— কনিগীনো বাবা?

দ্যুমৎসেন—ওস্থোকপনিদা ইবুংঙো নঙ্‌সে। ঐগী ঈচীল অসিনা পন্নীংত্রবা রাসে নঙনা নমহুনা পলহনগদৌরে। ঐখোয় অসে লাইবক থীরবা হায়বহুনিনে। ইবুংঙো, পোকপদা তাঙলকপা নত্তবা ঈমীৎ অনিমক পূমতাঙ্‌ তাঙ্‌লে, শংগেমক্না য়েক্লবা ওইহুনা ঈরৈবাক ইরল-ইথুম পুন্নমক মুলহৌহনা কোন্নুংদগী তাম্থোরক্তনা মফমসি য়ৌরক্লি- বসিনিনে।

সত্যবান— এঃ ঐখোয়বু য়েক্লবনা তাম্থোরক্লবা বাবা!

দ্যুমৎসেন—তাম্থোরক্লবনিনে ইবুংঙো। মীৎ অসিস্থ থঙহৌদনা

উখিদবনিনে। নংলমদ্রবদি……(শাউনা) নত্তামম্বদি…
সেরা, দ্যুমৎসেনবো, মীখাপোনবা নিংথৌ নত্তে। অসুম্ব
মতীক-মঙাললগা লোয়ননা পাঙ্গবা ঐগী শাবরাজ্যনি।
অচুম্বা লৈবাক্কী নিংথৌনি ঐ। (ফুক হৌগত্তুনা)
ঈথুত্তা মতীকচাবা খুৎলাই অমত্তং পায়জরগা য়েকনব-
শিংবু উফুলতানা তকথায়বা ঙমললমগদৌবনি। (শৈব্যানা
হৌগত্তুনা কোনবা, তপনা) অচুবু……, অচুবু মচুগী
পাঙ্গলদ্ লৈত্রে ঐগী, লমচুইগী ধমকাদা চেনবা তারবা
নোংশানি। অঙকপনি, অঙকপনি মতম নঙগী ঈচেল!
মতম নঙগী ঈচেলদা তাউখিদবা অমত্তা লৈখিদে। কনাগী
বলি, কনাগী য়াবন, অকনবা কনা, মতমগী ঈচেলদা
লুপখিদবা য়াওবগে? অদুবু থম্মোইন্নুংগী মৈচাকসিদি
মুৎখিরোই, মুৎখিরোই, মুৎখিরোই।

সত্যবান— বাবা! করিগী অচুকপাম্মা য়াবীরগে? নচা ঐনা হিংলিঙৈদা বাবা অমদি ঈমাগী করি য়ানীংঙাই লৈ? নচানা য়েক্লবা পুন্নমক্কী মীতকচাবা লম্মন খুমজগনি।

দ্যুমৎসেন— নুংঙাইদা ঈচাগী য়া তাবদা। চুম্মী, ঈচা লৈরিঙৈদা ঐখোয়গী করি অয়াবা…।

শৈব্যা— তপথবিখো মহারাজ! শাউবিখিসু। তাকপিরিবচুনি। তাইবংপানবদা পোকপা কনানা কালচক্রদা লৈদবা লৈতে। ওলাংথা, নোংজুথা, নিংথম, বসন্ত ঋতু মথং মথং লাক্লি লেপ্তুনা। পাঙ্গনবা কনানা থিংবা ঙমখিবগে মতমু।

মতমগী ঈন্নুংদা লূপকদবা ভাক্তনি খোংখোংপা। অমুক লোংপা অমুক ফোংবস্থ মতমগী মন্নুংদনি, হৌজক ঐখোয লোংপা মতম্নি, ফো'বা মতমস্থ অমুক লাক-খিনি, চিংনবিগনু। ঈশ্বরদা কাউন্নুসি। ইবুংঙো মহাক্না ফনবা শীনবিরিবা ভাক্তনি।

দ্যুমৎসেন—শৈব্যা! অশাউবনা বৃদ্ধি জ্ঞান মাঙহল্লি হাযবত্নমক ঐ তৌখরে। শাউনীংবনা হাকমন্দুনা ঐ বৃদ্ধি চোইকবে। অদুবু ফরে, নঙনা মতমচানা নীংশিংহল্লে, —অর'বা মুংঙাইবা পুন্নমক অমত্তনি। ফীভম পুন্নমকপু চপমান্নন' তরাম্না ওক্কদবনি হায়বসিস্থ শাস্ত্রগী ব্রানি।

শৈব্যা— অদুনা মহারাজ! ননাইনা নীংশিংজনীংলিবদি, ঈচা পিশক অসিমগা মফম অসিদা কুইনা লৈবদি ফগনি নীংজদে। খরা খুদোংচাবা মফম অমা থিরগা লৈকনবা থনবীয় হা[illegible]ী হৈ।

দ্যুমৎসেন—অদুবু হৌজিক কদাইদনোনে ঐখোযনা চঙজরুগদবসিবো? ঐখোয়বু ন্নংশিবিবা মী ভাইবংপান অসিদা লৈবমখিনি থাজজ্রেনে রাণী, নঙস্থ খল্লু। (রাখল তৌবা)

শৈব্যা— ননাইনা করি খঙগনি। হবুংঙোগী যাথং ইঙ্গবতনা ইথৌ ওইবীনি। সনাবুদ্ধি তৌবিরগা তাকপিগদবত্তান।

দ্যুমৎসেন—উম্, অমদি লৈরে হায়।

শৈব্যা— করিনো, কদাইদনো?

দ্যুমৎসেন—তপোবন্দা। পম্পা সরোবরগী মপান্দা মতীক মগুণ

চাউরবা মাণ্ডব্য মুণিগী তপোবন লৈ। মদু ফাওবা শাল্বদেশকী লমনি। (হাইফেৎ নোক্তুনা) মাণ্ডব্য মুণি থোইদোক্লা পুকচেল চাউবা, খঙদ-উদা লৈত্রবা মুণিনি। মানা শোয়দনা ঐথোয়বু চঙজফম পীবিগিনি। মদু তান্না চৎসি, চিংঙু শৈব্যা।

শৈব্যা— ফগনি লেঙলসি। মফম অদুমক ননাইস্নু পামজরে!
(শৈব্যানা চিংদুনা থোকখিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## অহুমশুবা উৎপা

[ মফম— অশ্বপতিগী কোনুং লৈকোল। মতম—নুংথিল]

( অশ্বপতি হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা য়াখিল তৌরি )

অশ্বপতি— ( স্বগত ) ওস্তোকপনি! অশ্বপতি ঐগী অরাবা অসি লোইয়ু হায়না তম্নমত্রমাল্লে! আকাশতা থোক্লিবা নুমিং থাদস্নু তাবা নাই। ঐগী পুক্নীংগী অরা-রাথল অসি-তদি তাবা নাইখিদ্রেদকো! মফম কুইনা ঈচা থারা পান্দদুনা লৈরম্নবদগী দেব-দেবী কম্না পূজা তৌজদুনা চহী তরানিপাল চুম্না হোম-জপ, যাগ-যজ্ঞ কয়া তৌজরবগী তুংদা উচিন-নাচিম্না ঈচানুপী অমত্তং পীনবিরে।

হৌজিক মাবু লুহোং-খোঙ্দোংদ্না থাজ-য়োম্ববগী মতম চপ-চারে। অদুবু ওসি ফাওবদা মতীকচাবা বর অমত্তা ফাওবা থেংনদ্রি। ঐনা তৌগদবসিবু করিনো? ঈশ্বরগী থৌশীল ওাইবা তারব্রা? (সেনাপতি চঙলকপা)

সেনাপতি— (খুরুম্নগা) মহারাজ!

অশ্বপতি— করিনো সেনাপতি?

সেনাপতি— মহারাণী।

অশ্বপতি— য়াগনি। (মহারাণী চঙলকপা)

মালবী— (কোয়েং য়েংলগা) মহারাজ! সনা থৌগল কনামত্তা য়াওদনা —! সনা পুক্নীংস্থ মুংঙাইতনা উঙ্কে, করম্বা…?

অশ্বপতি— করম্বা হায়রবু খঙদ্রিবরা? নঙবু মমা ওইবীগী পুকচেল অহু থক চেন্দ্রবরা? ঐদি অহিং-মুংথিল আনমক্তা তুম্বা হীপ্পা চাবা চঙদ্রবনিনে রাণী।

মালবী— নঙা ইবেম্মগী বা ওইরবরা?

অশ্বপতি— মানিনে রাণী, মহুনিনে। মাগী বা নত্তনা ঐনা করি অমুক থম্মনীংঙাই লৈরি? ঐগী রাজ্য, লম্পুম, রাজ-বৈভব কৈদৌনগনি? ঐগী হায়রবু ঐগী সাবিত্রী,… সাবিত্রী, মসিনা লোইরে রাণী।

মালবী— নঙা ইবেম্মগীদমক্তা করম্বা সনা পুক্নীংদা চিংনবিবা…?

অশ্বপতি— ইসে, নঙদি করিমতা খঙদনা লৈরি রাণী। ঐদি পোম্বাফম খঙদ্রবনিনে, খঙদ্রবা। সে, সিনিসে, মুম্না ভাও। পুন্সীগী থেঙলবা অভাঙদা মতমকুইনা অকনবা

তপ-তপস্যা তৌজবগী ফলনা ঈচাগুপী অমত্তং ফংজ-রেদো। ঈমা-ঈবেম্মা সাবিত্রী দেবীগী বরদগী ফংজবনি হায়রদুনা নীংশিংনবা "সাবিত্রীমক" খোল্লেদো ঈচাগী মমিং। পানখৎলকপা থাজগুম বাল্য, কৌমারী অবস্থা পুম্নমক মথং মথং লানখৎলক্তুনা লুহোং-খোঙ্‌দোংবগী মতম চপ চাবেদো হৌজিক্তি। অহবু হৌজিক ফাওবা, পুক্নীংতাবা মতীকচাবা বর অমত্তা লাক্লিদ্রিনে রাণী। শাস্ত্রনা লেপ্পা চহী মতাং হেনখিগদ্রা হায়বসিগীদমক ঝারিরনীনে রাণী।

মালবী— চুম্মী মহারাজ! নঙা হায়বেম্মা পামজহনা লাক্লিবা, অরাপ্পা অনকপা লৈবাক পুম্নমক্কী নিংথৌমচা পুম্নমক মতীকচাবা মপুক্নীংনা তাবা অমত্তা থেংনখিদ্রে। করম্বা ঈচাগী মরাইবক্তা ভাখিবননো ?

অশ্বপতি— মখোয় মশানা লাকচনবদগী হেন্দুনা ঈশামকনা মী ফাওবা থাদুনা মতীকচাবা বর থিহল্লিবনিদ্রে রাণী।

মালবী— থোইদোকপা অনৌবা পাউ ?

অশ্বপতি— অনৌবা পাউ তাদ্রি। (ঙহাক-হঙং-হন্দা চত্নুনা রাখল তৌবা) য়াম্মা লুরবা অমত্তংবু থিরে।

মালবী— করি ওইরবনো ?

অশ্বপতি— ঐগী লূতশিংনা লৈবাক-লৈবাক্তা চংখিরদা অশুম্বা ভারকই হাক্তুনা অম্মী, মদ্রদি—মদ্রদেশকী নিংথৌমচাগুপী

সাবিত্রী হায়বী অদুদি মী নত্তে, লাইগী মপোক্লি । কনা-গুম্বী লাইংরম্বী অমনা সাবিত্রী ওইনা পোক্লবনি । অদুনা মাবু কনাগুম্বা নিংথৌমচা অমত্তনা মাগী লোয়নবী ওইগে হায়না খনবা ঙমখিদ্রে । সাবিত্রী হায়বা মিং অসি তাবমন্তদা লাপ্পা অদুম্মক খুরুম্মবনিনে, অম্মুম্মা । অদুনা, রাসি লুরবনিনে রাণী । (হক্সং-হন্দা চত্তুনা রাখল তৌবা) অদুগা ঙাইখো রাণী, ঈচাগী পুক্নীংদা করিগুম্বা মবুক্নীংনা তাবকাদি লৈবম্মোইকো ? নত্তদি মমানি, খঙলম্বা য়াই, খঙলবদি হাযযু ।

মালবী— থোইদোকপা লৈগনি খগ্গদে মহারাজ ! মদুগী খুদম অমত্তা উজদে ।

অশ্বপতি— অদুমকপু মশাগী বা অমত্তংদি খঙকম থোকই । অদুনা··· (কোয়রয়েং যেংলগা) কনা লৈ ? সেনাপতি ! (সেনাপতি চঙলকপা) সাবিত্রীবু মফম অসিদা লাকহল্লু ।

মালবী— মহারাজ ! নঙাইবেম্মবু মফম অসিদা···?

অশ্বপতি— থোইনা হঙ্গোইফম লৈতে । মাগী চহী মতাং অসিদা মশাগী মতম্থ য়াম্না মরু ওইরবনি । অদুগী মথক্তা ঐগী ঈচা সাবিত্রী রাখল লৈবীনি । মীচমগুম্না কাম্নদবা ঈকাই হঙ্গোইবনা মশাগী অচুম্ববু খুমজিন্দুনা মাঙহনগদবীম্নু নত্তে । (সাবিত্রী চঙলকপা)

সাবিত্রী— বাবা ! ঈমা ! (নোল্লকপা অমদি মুংশিবা উৎপা)

অশ্বপতি— ঈপাগী ইবেম্মা চঙলকউ লাউ । শরৎ-পূর্ণিমা থাজদগী

হেল্লবী নীংথিজরবা ঈচাগী মায়থোং অদু উনীংদুনা ঈপানা ঙাইরম্লিরনি ।

সাবিত্রী— বাবা ! নচাদা করি তাকপিগদবা ?

অশ্বপতি— ঈবেম্মা, নঙসে,ঐখোয়না ওম্থোক্লা তাঙনা ফংজরিবনিনে। অশ্বপতি মালবীগী থম্মোই আকাশতা থোকপা মুমিৎ-থা ওংনা থেংজরিবনিদো। মতম পুম্নদা নঙগী করি, হান্নবা অসিতা খন্দুনা লৈরিবনি। (শোম্বাংননা) .অদুদা······ (তুমিন্না লৈখিবা) ।

সাবিত্রী— অহুদা করি তৌরবা বাবা ?

মালবী— ঈবেম্মা, ঈমা ন্না হায়গে তাও। নহাক হৌজিক চাউরে মপাং ফাবে, শাস্ত্রগী মতুং ইন্না লুহোং-খোঙদোংবা মতম চপচারে। মসিদগী হেল্লবদি দোষ লৈরগনি। মদুগীদমক নপাবুংনা ন্নাদুনা ঈমাগা ন্নারী শারম্লিবনি। অদুনা ঈচাগী পুন্নীংগী ন্নাসু খঙনীংদুনা লৈরম্লবনি।

সাবিত্রী— অদু ওইরে ঈমা !

মালবী— মানি, অসিগীনি। ন্নাসে নিংঙোল অমগী মমা মপা ওইবশিংগী মফমদদি অরায়বা নত্তে। থোইদোক্লা সাবিত্রী পোকপী মমা মপাগী মফমদনা অমুক হেন্না লুই।

সাবিত্রী— ঈমা! মদুগীদমক নচাগী পুন্নীং অমুক খঙনীংঙাই করি লৈবগে ? ঐ অসে মতম পুম্নমক্তা ঈমা অমদি বাবাগীনি। ঈমা-বাবানা তাকপিবা অহুতা ঐনা তৌজগনি।

পুন্সীচূপ্পদা বাবা অমদি ঈমাতগী য়াথংবু ঈকোক থোংনা পূজগনি।

অশ্বপতি— (মোমোন নোক্তুনা) সাবিত্রী! ঈমা! নঙবু ঈচা ওইনা ফংজরিবা অশ্বপতি অসে কযাদা লাইবক ফগ্রবা! লাউ ঈপাদা। (মুংশিনা নানবিবা; ভাগ্গাসিদা সেনাপতি চঙলকপা)

সেনাপতি—(খুরুম্বা) মহারাজ'

অশ্বপতি— করিনো সেনাপতি?

সেনাপতি—সনথোঙদা মহামুনি মাণ্ডব্য, মহারাজগী সনায়াথং ভাইহ্না লৈরি।

অশ্বপতি— কনা, মহামুনি মাণ্ডব্য!

সেনাপতি—মহারাজ।

অশ্বপতি— থীন্দনা মতীকচাবা সম্মানগা লোয়ননা লেঙশিল্লকনবা তৌ।

সেনাপতি—মহারাজ। (খুরুম্নগা থোকখিবা)

অশ্বপতি— রাণী, মহামুনি লেঙলকই হায়রি, চেকশিল্লু। (মপান-লোমদা য়েংদুনা ভাইদুনা লৈবা, মালবী ফিজিনা কোক খুমজিন্দুনা শেমশাবা, সাবিত্রীবুস্থ শেন্থী-শাবীবা, মাণ্ডব্য মুনি চঙলকপা)

মাণ্ডব্য— হরি ওম, হরি ওম!

অশ্বপতি— লেঙশিনবিসি মহামুনি আসন্দা। (অশ্বপতি, মালবী, সাবিত্রী পুন্না [illegible]ম্বা)

মাণ্ডব্য— মহারাজ, স্বস্তি স্বস্তি, মঙ্গল ওইবিয়ু মহারাজ।

অশ্বপতি— ননাইগী রাজবা মতমসিদা মুনিবরনা লেঙবিরকপা অসিদা ওস্লোকনা নুংঙাইজরে।

মাণ্ডব্য— করম্বা মহারাজগী নীংবা থুংদবা ?

অশ্বপতি— ঙসি ঐথোয়গী ওস্লোকনা লাইবককবা মুমীৎ হায়বদু ওইরে। মগামুনিগী খুয়াগী উফুলনা অসিগুম্বা কোন্নুং অসি শেংদোকপিরে। (মচাদা ওন্নিন্দুনা) ঈমা! মহা-মহামুনিগী চরণ শোকম্না খুরুমজো, অদুগা মতীকচাবা নপুরোইবা ফংজগে হায়না বর নিজহৌ।

(সাবিত্রী ঈকাইনা মুনিদা খুরুম্নগা মকোক্তা খুয়া উফুল হাপ্পা, কোক নোম্না লৈবা)

মাণ্ডব্য— মঙ্গল ওইয়ু দেবী। লাইরেম্বীগী মশক ওইবী ঈমা নঙন ঙোন্দবু করি বর পীনিংঙাই লৈগদগে? নশাগী নগুণতনা তাইবংপানবা পম্বমক নঙগী ওইনা লৈরিবনি। অম্বমকপু ঐনা থম্মোইশেংনা আশীর্বাদ পীরবনি,—খীন্দনা নহাকী মতীকচাবা নপুরোইবা ফংজবা ওইয়ু। ঈমা নহাক পোকপদগী মত্র-শাগৈগী ঈকাইখুম্নবা হেজংলসন্নু, হৌগৎ-লো। (কোনখৎপিবা)

(অশ্বপতি, মালবী নুংঙাইবা উৎপা)

অশ্বপতি— লোইরে, মহুদগী হেনবা করিস্ত্র পামজবা লৈজরে মুনিবর। ঐগী সাবিত্রীনা মতীকচাবা মপুরোইবা ফংজহনা ঐগী শাগৈবু ঙাকপা অসিগুম্বা অশ্বপতিগী ফনীংবা।

মাণ্ডব্য— মহারাজ! করিগীদমক নজাইবেম্মা অসিগীদমক পুক্লীং ৱাবিরিবনো (সাবিত্রীদা য়েংলগা) মহাক্তি অচম্বী মুপী নত্তে, লাইরেম্বীনি। মহাক্তি, ধর্ম্মগী মতীক-মগুণবু তাইবংদা শন্দোক্কে, মপা-মমা অমদি শাগৈগী ঈকাইখুম্নববু হেঙ্গৎহন্দুনা তাইব পানবদা অবংবা ফিদম অমা থনমগে হাযবা অচৌব, পান্দম অমগা লোয়ননা পোক্লববীনি। (মপা-মমা অনিমক ঙক্লা যেংবা,সাবিত্রীদা খুৎনা থিন্দুন') যেংউ, মাগী মশাদা লৈবিবা অফবা খুদমশিং অসে। সতীধর্ম্ম ভাকপগী লংলবা খুদম অমা উৎননবগীদমক তাইবংপানসিদা লাকপীনি।

অশ্বপতি— অদুবু মুনিবর! মুংশিবিবদগী মঙ্গলগী মশক গুইবা ৱাফম কযামুক তাকপিবে, অদুবু··· ···।

মাণ্ডব্য— অদুবু করি ··· মহারাজ?

অশ্বপতি— অদুবু ঙসি ফাওবদা ঈচাগী মতাকচাবা বর অমত্তম ফংজদ্রিনে মুনি। ঐনা ঙম্নমথৈ হোৎনজরবা ফাওবদা নীংবা অসি থুংবা ঙমজদ্রি। অসিগুম্বা ঐগী অৱাবা অসিতদি কোক্লবা লম্বী তাকপিরম্মু।

মাণ্ডব্য— মহারাজ! অদুগীদমক করিগী অদুক য়াম্না ৱারিবনো? ঈমাগী মতীকচাবা বরবু অচম্বা মীচমশিংগী মরক্তা কমদোনা ফংবা ঙমগদগে? কমদোনা অচম্বা দূতশিংনা থিবা খঙ্গদগে? অদুগা, মথোম্না খঙদ্রে হায়রগা অমুকহন্না খঙলম্লোই-হায়বস্থু করম্না হায়গনি। অদুনা

থবক অসি ঈমাগী মক্তমদা থাদোকউ। মশানা মশাগী মতীকচাবা বর থিজগনি।

অশ্বপতি— (মালবীদা ওমশিন্দুনা) রাণী ...।

মালবী— মুনিদেবগী য়াথং ...।

অশ্বপতি— চুম্মী, ঐগী ঈচা সাবিত্রী ঈবায-লাযনা ফংখিবা নত্তে। চহী মতম কুইনা তপস্যা তৌরবগী তু'দা ঈমা সাবিত্রীগী বরদগী ফংজখিবনি। অসিগুম্বী ঈমাগী লুহোংবা করম্না ঈরায লাযনা ওহবা যাগদগে? লাইবেন্দ্রাগী শায়োন ওইবী ঈমা লক্ষ্মীনি। অদুনা মতীকচাবা বর মতম চানা মশানা লাকচগনি, অম্বুম্না লেপ্লে ঐদি রাণী।

মালবী— মানি মহারাজ।

মাণ্ডব্য— অদুনা মহাবাজ! থান্দনা সাবিত্রীবু মশাগী মপুরোইবা থিজকনবা থাখিবনা চুম্মী।

অশ্বপতি— (সাবিত্রাদা) তাবেদনা ঈমা! উদ-খণ্ডদা লৈরবা মহর্ষিগী রাসে। অদুনা অমুক পর্য্যন্ত যাত্রা তৌনবা থৌরাং! লাউ, মহর্ষিগী মঙ্গলাশীর্ব্বাদ, ... থুরুমসি।

(সাবিত্রীগা লোয়ননা মুনিদা খুরুম্বা)

মাণ্ডব্য— মঙ্গল ওইয়ু দেবী। মতীকচাবা নপুরোইবা ফংহুনা নপাবুংগা নীংবা থুহনবা ওম্বা ওইজৌ। ঈমা! শুভস্য শীঘ্রম্। ঐ চৎলে মহারাজ! হরি ওম্, হরি ওম্।

অশ্বপতি— (হরাওনা) অহুতনি দেব।

মাণ্ডব্য— চৎলো ঈমা। শুভস্য শীঘ্রম্। ঐ চৎলে মহারাজ!

হরি ওম্, হরি ওম্। (থোকখিবা)

(মন্ত্রাত্মক খুরুম্মগা লৈহৌবা)

মালবী— (সাবিত্রীবু কোনবীরগা, নানবিবা) ঈমাগী ইবেম্মা হৌ-জিক্তি মহর্ষিগী আশীর্ব্বাদ ফংলবনিনা মফম মফম খুদিংদা ঈচাগী মঙ্গল ওইরনি। থীম্বা অমুক তৌদনা যাত্রা তৌনবা থৌরাং তৌরসি।

সাবিত্রী— ঈমা! বাবা!

[ মৈ মুৎপা ]

## মরিশুবা উৎপা

[মফম:—দ্যুমৎসেনগী আশ্রম মতম:—নুমীৎযুংবা মতম ]

(সত্যবান শীং মপুল অমা পুত্থনা চঙ্‌লকপা, শীং মপুল অহু থাদবা)

সত্যবান— ঈমা! ঈমা! (থাংপোক মমুংদগী শৈব্যা থোরকপা)

শৈব্যা— করিনো [illegible]? (মচাদা মুম্না য়েংবা) এঃ ঈচাদি য়াম্না য়ানা উরেনা, নুমীৎ অসুক থেঙ্‌লকাওবদা চাদ-থক্তনা কদাইদা চৎলুই?

সত্যবান— শীং য়াম্লুরিবনিনে। ভুঃ অসিদা লৈরেসে। (শীংদা খুদোঙ্বী থিনবা) লোশিনবিরো। যজ্ঞগী শীং অমুক য়াৎহন্নরোই।

শৈব্যা— ঈমাগী ঈবুংঙো! (মচাদা নানবিবগা) ঈচাগী মরাইবক্তা মতৌ অসুম্না রানা লেল্লু হায়না তমথ্রনিদকো!

সত্যবান— ঈমা! লাইবকথোঁবা মবম অহনবু ঙসি ঈমানা নুংশিনা নানবিবা অসি ফংজবিবনি। ঈমা ঐহাক্না যুবরাজ ওইহনা কোন্নুংদা মীনাহ মাশন্না সেবা তৌহনা লৈ-ম্মুর্বদি, ঙসি ঈমাগী নুংশিবনা থুৎ অসিনা নানবিবা অসি ফ লমলবোইদবাননে ঈমা!

শৈব্যা— সত্যবান। ঈখোয়দি অরাবা পুন্নমক অসি কবিসু খল্লুদনা নাক্ল নোক্লা থাঙবা ঙম্মী। অহুগা নপাবুং মহারাজদি কদায়? মবৈবাক মুনখিবগী অরা-মৈচাক অহু ঙসি ফাওবা মুত্রি। অহোয-অহোযনহুম চাকপা হেনগৎ-লক্লি। কবি কবিশুম্বদসু যেক্নববু লম্মনশিংগে হায়না অঙাওবগী মতৌগুম্না ফুক ফুক হৌগৎলকই। অহুগা ঐগী মীৎ, ঐগী মীৎ, ঐগী মীৎ তাঙলে হায়নসু লাউ-বমলগা ফমথবকই। ওম্ভোকপা মতৌনিদা!

সত্যবান— ঈমা নচাসু জগৎকী অরাবা পুন্নমক থাঙবা ঙম্মী। ঐনা হক থাঙঙমদবা হায়ববু পাবুং মহারাজগী নয়ন উদবা অসিতনি

শৈব্যা— ঈবুংঙো! নপাবুংগী নয়ন অনী হেক উথিদবা মুমীত্তী হৌনা কনামতবু থাজবা লৈখিদ্রে। ঐখোয়বু নুংশিবা মী তাইবংপাল অসিনা লৈত্রে হায়না নীংখ্রে। তম-থীরবা শাগৈগী য়েক্লবশিং অহুনসু বন অসিদা ন্নৌনা

থিরক্লিগদ্রা হায়বগী চিংনবনা মীকুপ অমত্তা য়ৌনবু পূক্লীং লৈতাবা যাদ্রে। মতম অসিদা অমুকস্তু নহাক্কী ......। (তুমিন্না লৈবা)

সত্যবান— ঐহাক্কী কবি? করি তৌবে তুমিন লৈগ্রবদে? হায়বো ঐগী কবিনো।

শৈব্যা— নঙগী লুহোংবা মতম!

সত্যবান — লুহোংবা!

শৈব্যা— উম্, লুহোংবা। লুহোংবগী মতমচাবে হায়বা।

সত্যবান— ঈনা, বাত্ত ঐন অমুক ভাহনবিগনু। ঐ মতুগী বাখল লৈতে। ঐবো, হৌজিকপো, মতম অসিদা। য়রুংনা ঈরৈবাক্কুগী তাম্নোক্কুনা নংপৌ খুনন, ইবল-ইথুন পুম্নমক মুলহৌবত্থনা বন্দা চাক্কবা শাত্থনা উটৈ-রাটৈ চাত্থনা, মুনি ঋষিশিংদা চঙ্জত্থনা হিলিবা, অত্থুনীস্তু মথক্তা পাবুংগী নষন উদবদগী অরাবা কথা শাঙ্থনা লৈবিং মতম অসিদা লুহোংবগী বাস্তু নীংশিনক্লি। করানা ঐখোযবু ঙুংশিবিত্থনা......?

শৈব্যা— ঈবুংঙো! নঙ্ মতীক চানা নপাঙ্গল নরৌশিং লৈববনি। শাস্ত্রজ্ঞান লৈরবনি। নঙ্না হেম্না খঙ্ফম থোকপা য়ানি। ঈশ্বরবু থাজরিবা, বেদধর্ম্মবু ঙাক্লিবা ঐখোয়না বর্ণ অমদি আশ্রম ধর্ম্মবু ঙাকনা চত্তবা য়াদে। নহাক হৌজিক, ব্রহ্মচর্য্য আশ্রম লোইত্থনা গার্হস্থ্য আশ্রম চঙ্লগদবনি। লুহোংই খোঙ্দোংত্থনা শাগৈ ঙাক্কনা

ঈশ্বরগী সেবা তৌত্বনা, মমা মপা, লাইগুরুগী সেবা তৌত্বনা ধর্ম্ম কাযদনা লৈবা অসিসু ধর্ম্মগী মন্নুংচনবনি। যজ্ঞ হোম, তপ ও কৃনস্তু ধর্ম্ম ওইবা নত্রি। মতম চানা যুবপানবা অসীসু ধর্ম্মগী মন্নুংচনবা তৌদবা য়াদবা অমনি হবুংঙো।

সত্যবান— (খবা কল্লপা) ঈমা! অমবু ওইরবসু, অমবু ওইরবসু, ঐ সূকণ্ডম-ওমজবোহ, মথা তাপবিবক্লসু। অতোপ্পা য়ারী অমা শাসি। (মমায লৈথোক্লুনা লৈবা, ডাই-হাক লৈরগা অমুক ওনশিন্দুনা য়াম্না চেকশন্না) ঈমা! কুশ পার্ব্বন উৎসব অহু কৈদৌউ থোক্লে। কুমশিদি মহৌশাদগী হেন্না নীংথনা যজ্ঞ কৎকনি। মতুগীদমক ঐ হৌজিক্কুগী হৌনা কুশ থিবা চৎলগদবনি। ঈমানসু চৎগদবা পোৎলম-চৈরমশিং অহু লাওশিনবা হৌবিরো।

(তাঞ্জাসিদা ঈমুংদগী দ্যুমৎসেন্না শৈব্যা কৌবকপা)

দ্যুমৎসেন— শৈব্যা! শৈব্যা!

শৈব্যা— লাকচরে মহারাজ।

দ্যুমৎসেন—সত্যবানদি? (দ্যুমৎসেন থোক্লকপা)

শৈব্যা— অসিদা লৈরে।

দ্যুমৎসেন—অসুক কুইবসি নওদি কদাই চৎলুই, ঈবুংঙো।

সত্যবান— যজ্ঞগী শীং চল্লুরিবনি পাবুং।

দ্যুমৎসেন—(ওক্লা) যজ্ঞগী শীং! করিগীনো, যজ্ঞগী শীং য়াম্না লৈরি হায়রবদাইদে?

সত্যবান— লৈরি, অদুবু ওকখিরোই, খবস্ত থিখিবা তারি।

দ্যুমৎসেন— কারগীনোনে অদুক য়াম্না হাযরিবদুগো ?

সত্যবান— হৌজিক্তসু ঈমাগা ৱারী শান্নরাম্মবান। কুশ পার্ব্বন উৎসব কুইদ্রে। নুমীত্তুদা যজ্ঞ খরা নীংথিনা ৭ৎকে নীংজবি। অদুনা, মতুগীদমক যজ্ঞগী শীং, হোম পীনবা কুশ মবাং কাযনা থিবা তাবি।

দ্যুমৎসেন— চৎম্নিনেহে শৈব্যা! নুমীংসী য়াম্না মকওইবনিনে। ঈচানা নীংশিংলক্লিবসি ওন্থে কনা ফবেদা। মতুদি তৌদবা যাদবা পোৎনিনে। পূজাগী পোৎলম চৈৎম পূম্বা মতমচানা লাংভশিল্লু ৱাৎহনবা য়াবা নত্তে।

শৈব্যা— নুমীৎ অদু ভসি মভানিতা মভাযবে মহারাজ। ঈচানা নীংজরিবা অসি কাযদনবা ঐসু কন্না হোৎনজগনি।

দ্যুমৎসেন—হোয়নে, ঐনদি পাঙ্গল শোন্লেদো. করিসু ভমদ্রেদো। (মবুক্নীং মুংশিনা) দ্যুমৎসেন ঐগী মপোক অসে অরেম্বনি। য়েকনবনা ভুহৎপিরবা, মপাঙ্গল মবৌশিং য়াওদ্রবা কান্ন-দ্রবা মীরেম ওইরবনি, মীরেম ওইববা।

সত্যবান— পাবুং, নচা লৈজরি, ৱাবিগনু। নচাগী পাম্বোমগী পাঙ্গল হন্দ্রিইভদা পাবুংবু লাকচবিগদবা কনা লৈ। ঐনা পীক্লিহৈদা থোকখিবা পুম্নমক্কগী লম্মন মতীকচানা শিংজগনি হৌজিক। ঐসু মনীংমথা তম্বা লৈবাক অমগী নিংথৌমচানি। ঐখোয়গীস্ত মতম লৈরমখি-গনি পাবুং।

দ্যুমৎসেন—লৈগনি ইবুংঙো, করিগী লৈরোই? মতমদি উরুক লৈনা চৎপনি, মচি অমত্তদা লেপতুনা লৈবা নত্তে, মীপুম খুদিংমক মতম্না পুন্থনা অমুক কা অমুক কুম তৌগদবা থাক্কনি। ঙসি ঐখোয় কূম্ল।

সত্যবান —অমুক কাগনি নত্রা পাবুং?

দ্যুমৎসেন—মানি, অমুক কাগনি। মতমচু নক্লে, লাপত্রে ঈপাদা ফাওরে, মচু কুইররোই। ঐগী আশা হায়রবু নঙ্নি, পুম্নমক নঙোন্দা থম্লিবনি ইবুংঙো। ঐগী হায়রবু নঙ্নি,—নঙ্নি।

শৈব্যা— সত্যবান! ইবুংঙো নঙ্ রাংমগনি, চান-থরুবা তৌজরো চৎলো, খেঙ্লে।

দ্যুমৎসেন—অমুক খেঙ্লবা ফাওবা চা-থক্লি্বা?

সত্যবান— ঐ করিম্নু লামদে পাবুং।

দ্যুমৎসেন—এঃ চৎলো অদ্দি চাথোকউরো।

সত্যবান— পাবুং। (চঙ্খিবা)

দ্যুমৎসেন—(তপ্না ফমথরগা) ঈচা চাউররগা অমরোমদা লুংঙাই, পূক্লীং লুপ্মী, অমরোমদা পূক্লীং রায়, পোথাকম থঙ্দে, রাণী।

শৈব্যা— করম্বা …?

দ্যুমৎসেন—করম্বা হায়রবদু নচা অসে মপুং মরৈ কাররুবনি লুহোং-থোঙ্দোংবগী মতম চপ-চায়বনি। অসিদগীদি মতম চাদবা হায়রবদ ওইরগদরনি রাণী।

শৈব্যা— মদ্‌নীঙ্গদি হৌজিক্কা ঐনসু মথাদা হৌদোক্লম্লিবনি।

দ্যুমৎসেন—হাঃ নঙ্‌না হৌজিক্কা হৌদোক্লম্লবা, মশামক্তা?

শৈব্যা— হোয়, মশামক্তা।

দ্যুমৎসেন— অদ্‌দি, করি থায় মাদে।

শৈব্যা— লুহোংবগী রা পল্লুবকা য়াদে। তমখিরোই থায়।

দ্যুমৎসেন—করিগীনো অদ্‌দে? মরম কারগীনি থায়বগে, হংত্রা থায়বা?

শৈব্যা— মরম থায়বব্‌, হৌজকী ঐখোয়গী ফিভম অসিদা কুনানসু সুংশিবিরোই, অদ্‌গী মথক্তা মহারাজগী নয়ন উদবসিগী অরাবা ফিভম অসিদা……।

দ্যুমৎসেন—হাঃ ঐগী মীৎ উদবসিদা মানা লুহোংবা পামত্রবা!

শৈব্যা— হোয়, মতীকচাবা ফীভম লৈরবা কালদা মদ্‌ ওইগান হায়।

দ্যুমৎসেন—ঐগী অরাবা ফীভম অসিদা মাসু য়াওনা লাক্লবা! হা ঈশ্বর! ঐগী মরীদগী ঈচা-ঈচু, মরূপ-মপাং ফাওবা য়ামিম্লবা তাঙ্গ্রবা! করে থাপী, ঈশ্বরনা তম্বা অমা লৈরম্লগনি। নচানা পাবা যজ্ঞী খোয়াম্‌, তোকরো, চঙ্‌লসি! (অনিমক চঙ্‌খিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## মশাঙুবা থৌংপা

[ মফম—তপোবনগী লম্বী। মতম—নুমিদাংবাই ]

( সাবিত্রী মন্ত্রীগা লোয়নননা চৎলকই )

সাবিত্রী— ইপু, লমদম অসিগী মমিং করি কৌবগে? ওহোয়া নুংশিখরেদা। বনগী উ-রাশিং অসীনা মনা ঈপূং-পূংনা নেমতক্-নেমতক্ করাদা নীংথিজরিবনো? লৈপাল পূম্বা লৈনা য়োম্না শাংলিবা, হৈপীজদা হৈনা চরোং চুমনা পাল্লিবা, য়েংবদা মীংথম হোংবা য়াদেদা।

মন্ত্রী— দেবী! লৈবাক অসীগী মমিং শাবদেশ কৌই। দ্যু-মৎসেন কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লম্মী।

সাবিত্রী— (চিংননা) পাল্লম্মী হায়রবদি···, ইপু, হৌজিক্তি অতোপ্পা অমনা পাল্লবরা?

মন্ত্রী— মসীগী য়াঁরীদি ওহোয়া চাউত্রে, দেবী!

সাবিত্রী— য়ারীদ্, ওহোয়া তানীংত্রে ইপু। চৎলা চৎনা লীবিয়ুবা।

মন্ত্রী— তান'ংলবদি লীগে তাও। (সাবিত্রী পুক্নীং চৎনা তাবা) মহারাজ দ্যুমৎসেনগী মচানীপা অমা পোকই, মমিংদি সত্যবান কৌই।

সাবিত্রী— এঃ ইপু, (নোকমি নোকমি তৌনা) সত্যবান কৌই হায়রবা

মন্ত্রী— মানি, সত্যবান কৌই।

সাবিত্রী— মুংশিত্রা ইপু মিংসে ?

মন্ত্রী— সত্যবান হায়বা মিং অসি নত্তবা অমস্থ লৈ।

সাবিত্রী— অমস্থ লৈরি হায়বা ইপু ?

মন্ত্রী— লৈরি।

সাবিত্রী— মতুনা সত্যবান হায়বা মিং অসিদগী থোইনা হেন্না মুংশিরমগনি থাজদে। মিং অদুমদি খঙত্রবস্থ থোইনা অকায়বা লৈরোই।

মন্ত্রী— মিং অসিমদি মানা অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা কৌনবা মিংনি। মরমস্থ লৈ।

সাবিত্রী— তাসী অদুমকপু ঈপু।

মন্ত্রী— সত্যবান্না অঙাং ওইরিঙৈদা শগোলবু ওন্তোক্না পামজনা তৌই। মুমীৎচুপ্পা শগোল তোংদুনা শ্বায়জনীংই।

সাবিত্রী— শগোল অদুনা চৎলু য়াত্রগা কুই, শাউদুনা কপ্পী নত্রা ?

মন্ত্রী— হাঃ হাঃ হাঃ, (নোকপা) মানি, কনানা হায়দুনস্থ খঙলিবা ? অদুদগী রাজকুমার অসি কাগি-কাগিদগী চান্না শগোল অসি ওাইহাক্তা থাদোকউ হায়বা য়াখিদ্রে। শগোল হেক উদবদা লৈমায়দা শগোলগী মুত্তি য়েক্তুনা থাঙ্ তি, লৈথোম্না শগোল শাদুনা শারে। মরম অসি-দগী মরাম্না মাবু "চিত্রাশ্ব"—শগোল য়েকপা হায়না থোনখি।

সাবিত্রী— কয়াদা শরৈ কৎখিত্রবা অঙাংনো ? ঈপু, চাউরবা কাওবা অদুৱ কৎলম্মোইত্রা য়েংলুসীদো।

মন্ত্রী— দেবী, মখোয়দি সিদা লৈত্রে। সত্যবাদা চাউত্রিবৈদা শাগেগী য়েক্কবশিংনা লাল হৌরক্নুনা মরৈবাক্তগী তান-থোকত্রে।

সাবিত্রী— মরৈবাক্তগী তাস্থোকপিগ্রবা ?

মন্ত্রী— চুম্নগী তাস্থোকপদা নত্তে, মরল মথুম লৈজবা পুম্বা মুনবি-হৌরবনিনে। মমাং অনীমক তাণ্ডলবা নিংথৌনা উপায় লৈতত্নুনা পীক্লিবা মচাহ্নু পুরগা মাগী সহধর্মীনি অত্নুগা লোয়ননা বন্দা কোম্নচং চংগ্রবনি।

সাবিত্রী— (ঙক্না) মমীংস্নু তাণ্ডগ্রবা ইপু !

মন্ত্রী— মানি মমীং অনীমকস্নু তাণ্ডগ্রবনি।

সাবিত্রী— কয়ানা রাররিগবা মখোয়দো। নিংথৌনা চাক্লিবগী কীভম ওইগ্রবা ! ওস্থোকপা বিধাতাগী খুজীন্নি। কয়াদা ঙকগ্রবা মংওইবগী পুন্সি ! মীং অনীমক উত্রবা নিংথৌ অদুনা কয় রারিগবা ! অদুগা নিংথৌগী মচা অদুনা কয়াদা অরাবা থাওদুনা মতম লেপ্লিগবা ! নিংথৌগী লুহুপ্পা মকোক্তা লৈতেংগদবনি, অদুবু লুহূপকী মহুত্তা অরাবা কোকথোং পুত্রে। ইপু, মখোয় অদু হৌজিক কদাইদা লৈরিনি ?

মন্ত্রী— ওসি কাওবদা মখোয়গী লৈকম কনানস্নু খঙ্খিদে। লৈবাক অসিস্নু য়েক্কবগী মথুত্তা লৈহৌরে। দেবী, মকম অসি চঙ্খিসিরা ?

সাবিত্রী— চঙনীংই ঈপু, অদুবু (ভাইচাক রাখল তৌরগা) তোক্ক সদা ঈপু।

মন্ত্রী— অদুদি, হৌজিক করম্বা লম্বীদা দোলাই থোবসংগ? অঙ্গ, বঙ্গ, কলিঙ্গ, কুরু, পাঞ্চাল, কোশল, কাশীনচবা মরু মরু ওইবা লৈবাকশিং চৎলুরে।

সাবিত্রী— (নীংবা কায়বা উত্তুনা) অদুদি যুমদা হল্লসি ঈপু।

মন্ত্রী— নত্তে ঈমা, য়ুমদা হনবা যাদ্রি! নহাক্না মতীকচাবা বব থেংনদ্রিবা ফাওবা ঐশ্বায়না য়ুমদা হল্লুদনম্ব নপাবুং মহারাজগী নীংবা থুংগদবা লৈতে। পৃথিবীগী ভমখৈ অমদগী ভমখৈ অমা ফাওবা থুংনা চৎপা তাববস্তু চৎলগদবনি।

সাবিত্রী— হন্দক্না ঈপু-ঈপুগী থোঙচং অসিদা ঐনা পামজবা অমত্তংবু লৈরি ঈপু।

মন্ত্রী— অপাম্বা পূম্বা হায়বিবা য়াগনি।

সাবিত্রী— নিংথৌপানবা লৈবাকশিংদা কোয়বদি পাবুং অমদি ঈমাগী নীংবা থুংনবগীদমক্তনি। অদুগা ঐনা চপচানা পামজবদি মুনি-ঋষিশিংনা লৈরিবা তপোবনশিং আসিদা কোয়বনি।

মন্ত্রী— চুম্মী দেবী, থোইদোক্না মুংঙাইবনি, পুণ্যস্থনি।

সাবিত্রী— য়ারবদি মতম থরা লৈস্থ লৈনীংই।

মন্ত্রী— পঙকুই-কুইনা লৈথোকপদি নপাবুংনা মুংশা থীগনি। মীক্কুপ অমত্তা কায়নবদা যুগ কয়া কায়নবগুম থল্লিবনি!

সাবিত্রী— মীওইবা সমাজগী মঙ্গলগীদমক চাদ-থক্রনা মশাগী ওইজবা অঙ্ক-সুংঙাই কয়াবু থাদোক্কৗনা যাগ-যজ্ঞ তৌহনা তপস্বী ওইনা লৈরিপা মহাত্মাশিং অসিবু দর্শন তৌজবদ থোইদোকনা মঙ্গলগী মশক্নি খল্লি ঈপু।

মন্ত্রী— এন্তোকনা চুমগ্রবা থানি, ঈমা। মগী নীংবা থুংনবা তপোবনগী লম্বীদা দোলাই থোরগে। নীংবা কায়বা তৌগনু ঈমা। পার্ব্বতীনা তপস্যাগী ফল ফংখিবগুম্না নহাকসু তপস্যাগী ফল শোযদনা ফংগনি!

সাবিত্রী— চৎলসি ঈপু, তপোবনলোমদা দোলাই থোবিরো।

[ মৈ মূৎপা ]

## তরুকশুবা উৎপা

[মফম: — দ্যুমৎসেনগী আশ্রম-লৈকোল মতম:—অমুক]

(সাবিত্রীনা পূক্নীং শুম্হৎপগা লোয়ননা লৈকোলগী ফজবা য়েংই, হবাও-মোমোন নোক্তুনা লৈপাল খুদীংগী চঙ্হনা লৈ নান্দুনা য়েংই, অশাংপা লৈ অমা হেক্লগা ঈশৈ শকই।)

—: ঈশৈ :—

লৈস্ন শাংকায়রে লৈনম্মা শীরে।
তাইবংপাল শুম্হংলি য়েংউ ঈতাশা॥

ফুগায়না শাংলি লৈকোন্দা লৈরাং।
খোইমুনা ঙংলি লৈকা খুদিং॥
খঙনবা য়াওয়গা কৌশিল্লি হয়াওনা।
চুপহল্লি লৈহী পেম্না ঈতাশা॥

[সত্যবাম্না কুশ মপুল অমা পুয়গা চঙলকই, য়াহুনা দম্ লাউনা খাদয়গা হুমাং তৈখোকই, কোয়য়েং য়েংই, সাবিত্রীবু উরুবদা ওক্না মুম্না য়েংহুনা লৈ, নোকমি নোকমি তৌনা চঙশিন্দুনা হংই।]

সত্যবান— দেবী! নঙবু কনানো? বন অসিগী বনদেবীরা নত্রগা স্বর্গগী লাইরেম্বীরা?

সাবিত্রী— (য়াম্না ইকাইনা) ঐ স্বর্গগী লাইরেম্বীসু নংচদে, বনদেবীসু নংচদে।

সত্যবান— অহুদি—পরিচয়?

সাবিত্রী— ঈমিংনা সাবিত্রী।

সত্যবান— (শোম্থাংননা) সাবিত্রী!—ঐনা সত্যবান।

সাবিত্রী— (পুক্নীংচঙনা) অহুদি, শাবদেশকী মহারাজ দ্যুমৎসেনগী···।

সত্যবান— মানি, করি মরমগী তপোবন অসিদা?

(তাক্সাসিদা সেবিকা তুমিন্না খুনীঙ কাঙনা কাঙনা চঙলক্লগা লৈ অমা হেকলগা মখুৎনা নানবীবা, লৈনা মখজাইদা নাল্লগা)

সেবিকা— নংগী পরিচয়?······সেবিকা। (নোকপা; সাবিত্রী

হন্না য়েংখোকউবদা সেবিকা লৈরম্বা উবদা ঈকাইহুনা সত্যবান্দা য়েংলম্লগা থুনা .থাকখিবা)

সত্যবান— (সেবিকাদা খারপ্পা য়েংলগা) সেবিকা। নঙ্ সিদা অমুক?

সেবিকা— নখোয লৈরমগনি হায়বা ঐনা খঙ জত্রো? (প্রপ প্রপ চৎখিগে তৌবা)

সত্যবান— (সেবিক'বু ফারগা) ঙাইখো, কৈদৌবা লাক্লিবনো হায়বা?

সেবিকা— নঙবু থিবা লাক্লিবনি।

সত্যবান— ঐবু নৎনা অমুকসু থিবিবিবা?

সেবিকা— ঐনা থিগে থিবা নত্তে, বাবা ঈমাগী যাথংনে।

সত্যবান— য়াথং পীগদবগা যাথং ইনগদবগা লৈমিন্নবা অসিদা ঐ লৈক্ষম চাকম খঙ্ দ্রে, থনক অমত্তা তৌবা যাখিদ্রে।

সেবিকা— ঐ লাকপদগী থবক যাম্না কাযগ্রবরো? (নোকপা)

সত্যবান— হেঃ মসিমা! (ফুগে তৌব', সেবিকা চেম্থোকপা)

সেবিকা— ঐবু ফুরবদি রা অমা তাকপিবোই।

সত্যবান— (চঙশিন্দুনা) কবি রানোনে?

সেবিকা— অহুদি ফুবোই হাযবু।

সত্যবান— ফুররোইনে, হাযরো যাম্না তানীংলে হায়বা!

সেবিকা— (কেরু কেরু যেংলগা) ঙসাই নঙগা রারী শারম্বহু কনানো খঙলবরা?

সত্যবান— খঙ্দে, নঙ্দি খঙ্বরা?

সেবিকা— ঐদি, মহর্ষিনা বাবাদা লীবদগী তাহৌহুনা খঙ্বনে।

সত্যবান— (য়াম্না থওনী'না) মহর্ষিনা করিগী পাবুংদা মাগী য়ারী লৌরিবা ?

সেবিকা— হন্দক মহর্ষিনা মদ্রদেশতা .লঙ্‌লুইদনা ।

সত্যবান— উম ।

সেবিকা— মহুদা, মহর্ষিগীপা উতাক মতুংইন্না মদ্ররাজ অশ্বপতিনা মাগী অমত্তা পোকপী মজাইবেম্মা সাবিত্রীবু মপূক্নীংনা তাবা মতীকচাবা মপুরোইবা থিজরুনবা মন্ত্রীগা লোয়ননা দোলাই ভোংহুনা লৈবাক লৈবাক্তা কোয়হল্লি হায় ।

সত্যবান— অহুদগীদি—?

সেবিকা— অহুদগীদি মথং মথং কোয়রুরবগী তুংদা তপোবন য়েংথিনি হায়রুনা চঙ্‌লকপদগী মহর্ষিগা থেংনরুনা, মাবু অতিথি ওইনা আশ্রম পীরে ।

সত্যবান— হৌজিক কদায়দা লৈরিবা ?

সেবিকা— মন্ত্রীগা লোয়ননা মহর্ষিগীদা লৈরি ।

সত্যবান— কয়া কুইনা লৈথিনি হায় ?

সেবিকা— কুশপার্ব্বন উৎসব য়াওথিনি হায় ।

সত্যবান— ভাইথো ঐনা য়াম্না ওকপা অমা লৈরে । অসাই ঐনা মাগী পরিচয় হংবা মতাংদা, মানা পাবুংগী নাম্বু য়াম্না খুত্তবগী মওংদা পল্লকই । পাবুং নিংথৌনি, ঐবু নিংথৌমচানি হায়বা খঙ্‌লদ্রগুম ভোই ।

সেবিকা— খঙ্‌লমগনি ।

সত্যবান— কয়া ?

সেবিকা— দেবী অচগা চংমিন্নরিবা অহল ওইরবা মন্ত্রী অচু য়াম্না খঙ্লবা মীওই অমনি।

সত্যবান— ইস্—অচুদি—!

সেবিকা— করি ভৈরে, ইস্ হায়রবদে ?

সত্যবান— মানা য়াম্না থীনা নোক্নরমগনি হায়বা।

সেবিকা— করিগী নোক্নগদৌরিবা ?

সত্যবান— নিংথৌমচানি হায়রগা চাক্লিবগী ফীভমদা শেগায়রবা খাংপোকশঙ্দা উহৈ য়াহৈ চাহুনা লৈরিবসিবু নোক্নরম্মোইদ্রাও ?

সেবিকা— এঃ মাদি কোম্বুংদা লৈনবীংদে, বন্দা লৈহুনা উহৈ য়াহৈ চাহুনা, সিদা সুম লৈনবীংই হায়হুনা লৈরিবসি উদ্রা ?

সত্যবান— অওইবরা ?

সেবিকা— অওইবা নত্তদে। ইপু মন্ত্রী অসিনা হন্নসি হায়বদা য়াদহুনা লৈরিবনে। হৌজিক্তা অমুক হেন্না চংনবীংলরোই।

সত্যবান— নঙ্ করম খঙ্লিবা ?

সেবিকা— মানা ভসাইনা হায়রম্নবহুদি ?

সত্যবান— হেইস, মসি' অচাংশিনা, হৈ-শিংবা শারদনা। মানা ইখঙ্ভ-হেক খঙ্দৌনি।

সেবিকা— নত্তে দাদা. ঐ নঙ্ভোন্দা য়া অমত্তা হায়গেদো, নঙ শাউরোইদ্রা ?

সত্যবান— করিনো ?

সেবিকা— য়েংঙোই, ঐগী মহাপ অমত্তা পুবিরকউবা।

সত্যবান— 'নংগী মকপ !

সেবিকা— হোয়! ঐগী না মরূপ। নংগী না (অকিবা, উংপা) পুন্সী গী লোয়নবী।

সত্যবান— থিদা মসিদে। নংগী মরূপ থিবীরকউ, হায়বদি থিবীরকে, অদুগা অকোনবগী হুমদি ঙম্মোই।

সেবিকা— করিনো ?

সত্যবান— হৌজিক মদুগী মতম নত্রি।

সেবিকা— করি। হৌজিক মদুগী মতম নত্রি ? উম্ দাদা, নঙ্ মীনা হায়নরবনিহায়।

সত্যবান— করি হায়নরিবা ?

সেবিকা— মতম হেনখিদোরে হায়নরিবা (খরা চেম্ন্তোকপা)

সত্যবান— থীদা অঙাওবসিদে। ঐনা হায়বদি সিনি। ঈমা অমদি বাবাগী অসিগুম্বা অরাবা কীভম অসিদা ঐনা......।

সেবিকা— অদুবু মীনা মখোঙ্-থোংনা লাক্লবসু পঙ্শিন্নদুনা অদুম লৈথোকত্রাও ?

সত্যবান— করিনোনে মসিনা ঙাঙ্লিবসিবো ?

সেবিকা— যৈদা অদুবুদে, ঐদি খোং-খোংপা খঙলবনে।

সত্যবান— ফরেনে, ফরেনে। নঙ্না খঙ্দ-হৌদবা অমত্তা হেক লৈতবা হায়বদুনি।

সেবিকা— (হরাওনা) অদুসি চংলসি, নঙ্ রারম্মনি। পোংসিন্নু ঐ পুবিগে।

(সেবিকানা কুশ মপুন্দু কোকথোংদা পুবা, সত্যবান্না তুংদা ইন্নদুনা থোকখিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## অরেৎশুবা উৎপা

[ মফম—অশ্বপতিগী রাজকক্ষ। মতম—লুংখিল ]

[অশ্বপতি মোমোন-মোমোন নোক্না হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা লৈ, মপান্নোমদা অমুক য়েংঙ্, মালবীশু তুংইন-তুংইন্না লৈ।]

অশ্বপতি— রাণী, লাউনে, প্রজা পুন্নমক্না সাবিত্রীবু হরাওনা থাক্লবসে য়েংলন্নাওনে। (মপান্নোমদা মীয়াম্না "জয় সাবিত্রীগী জয়" হায়না লাউবা তাবা) তাও রাণী, মীয়াম্না সাবিত্রীগী জয়ধ্বনি লাউদুনা নিল্লিবসি করাদা নুংঙাইপ্রবা! হাঃ হাঃ হাঃ (নাকপা) অদুগা নঙদি করিস্থ হরাওদেনা রাণী।

মালবী— অদুবু মহারাজ!

অশ্বপতি— অদু-অদা ঐ অমুক তানীংদ্রে! সাবিত্রী হল্লক্কে, মতীকচাবা মপুন্নোইবা শোয়দনা ফংলম্নগনি।

মালবী— (তুমিন্না লৈবা)

অশ্বপতি— তুমিন্না লৈরিবা করিগীনো রাণী? রা ঙাংঙু, হরাওবা উৎলু। ঐনা সাবিত্রীদা হংগনি, লুংশিনা ঈচাবু কোল্লগা হংগনি। সাবিত্রী! করম্বা নিংথৌরেন্দা, ইন্দ্র নত্রগা করম্বা মহাপ্রলয় ওম্বা দেবতাদা নপুন্নোইবা ওইনা বরণ তৌরম্নবগে

(মলুংদা সাবিত্রীগী জয়ধ্বনি লাউরকপা তাবা, মালবী থে ত্তুনা য়েংবা)

মালবী— (হয়াওনা) লারে, ঐ ই সাবিত্রী, শোয়দনা য়েীরক্লগনি। মাগী দোলাই উরে। মীরাম্না মাগী ভুংদা ইল্লক্লি। দেবর্ষি নারদনু লেঙ্লক্লি! ভগবান! (হরাওবা উংপা)

অশ্বপতি— কদাই থোবক্লবা ঐগী সাবিত্রীবো? কদায়, ঐদি উত্রিনা! রাণী, মহাক কদাইদা লৈ? মাগী মায়থোঙ কর্মদৌই, হরাওনা উবরা নত্রগা······?

সাবিত্রী-- (মনুংদগী) বাবা! ঈমা! নচা লাকচরে।

অশ্বপতি— লাক্লে, ঈচাগী থোঞ্জেল তাবে। সাবিত্রী! ঈমা লক্ষ্মী! (কৌবা, সাবিত্রীগা মপ্নাগা চঙ্লকপা, খুরুম্মগা মন্ত্রী থোকখিবা)

সাবিত্রী— বাবা! (মপাগী মথোঙ্ শোক্লা খুরুম্মগা মমাবু অমুক খুরুম্বা) ঈমা! (মপাদা মুন্না) ইস্, বাবা, নহাক্তি শকক্তম য়াম্না কাররেনা!

অশ্বপতি ঈমা, নঙ্না ঐথোয়বু থাদোক্লগা মুনীৎ অচুদগী হৌনা ভুম্বা চাবা থঙ্ত্রবনি। হায়বু ঈমা লক্ষ্মী! করম্বা মরাইবককবা নিংথৌ নিংথৌরেনগী মচাবু নহাক্না বরণ তৌরক্লবগে? (সাবিত্রী ঈকাইনা মকুনুক্লা ভুমিদা লৈবা) হায়য় ঈমা, কল্পিমতা চিংনকম লৈডে, কনানো, করম্বা নিংথৌমচানো?

সাবিত্রী— মানি বাবা, মহাক নিংথৌমচানি।

অশ্বপতি— (হরাওনা) নিংথৌমচা ! হাঃ হাঃ হাঃ (মোকপা) ঐগী সাবিত্রীনা ফংলক্লে, মতীকচাবা মপুরোইবা। রাণী, তাবেদনা রানে, (সাবিত্রীদা) অচুদি......অচুদি ঈমা, হায়ব্রু তাসি, করম্বা খুৎকন-পাঙ্গনবা লৈবাক. নিংথৌ-মচানো ?

সাবিত্রী— বাবা। মহাক শাল্বদেশকী নিংথৌ দ্যুমৎসেনগী মচান

অশ্বপতি— মমিংনা করি কৌবা ?

সাবিত্র — সত্যবান......।

অশ্বপতি— সত্যবান......। ইস্, মিং অসিদে ! ওয়োক্লা চুংশিন্রেদা। ঐগী ঈচা সাবিত্রীগী মপুরোইবা সত্যবান ! নীংথিরে, ফজরে, পেল্লে। অচুম্বা ঈমা। মাগী শক্তি, রাজবৈভব হায়ব্রু তাসি।

(সাবিত্রী ভূমিন্না লৈবা, মালবী চুংভাইতনা য়েংবা)

অশ্বপতি— করি তৌরে ভূমিন লৈরবদে ? হায়বুমে, মহাক করা রায়া খুৎকন-পাঙনবা নিংথৌগী মচানোমে ?

সাবিত্রী— বাবা ! হৌজিক্তি মহাক তপস্বীমি, তপোবন্দা লৈবনি।

অশ্বপতি— (ঙকপা) করি হায়বা ! তপোবন্দা লৈবা তপস্বী ! অচুদি হায়ব্রু ! করম্বা দেশী নঙ্গী দেবতা অমত্রু ফংগে খন্নুনা রাজনিংথৌগী থাজোক্ত্রা তপোবন্দা লাকৈথিলিবা ?

সাবিত্রী— বাবা ! মহাক্তি মরুইরক থীরবনি ! নিংথৌমচা ওইরবসু পিশক পীক্লিভৈদগী হৌনা বন্দা লৈহুনা অকং-অফংবা ঊহে-রাহে চাহুনা লেপ্লরবনি। মুনি ঋষিশিংগী মনাক্তা

চাউজহনা, নিংথৌমচা ওইরবস্থু লৈবাক রায়েল-থৌদাগী রাখল লৈখিত্রবনি। বন্দা শীঙচনবা, উহৈ খিনা অসিনা মাগী মথৌ ওইনা, অহল ওইরবা মমীৎ পুমতাঙ্ তাঙ্-লবা মপা অমদি শোল্লবী মমা অহগী সেবা তৌহনা লৈরি।

অশ্বপতি— (থরায় মুংঙাইতনা) ইস্, অহুদি অহুগুম্বা চাক্লীবা অহুদা নপ্‌রোইবা ওইনা নংগী পুন্সী কৎলম্লবা!

সাবিত্রী— কচ্চরম্লে, মহাকপু ঐনা ইপ্‌রোইবা ওইনা লৌজগ্রে। বাবা! ঈমা! নচাবু আশীর্বাদ তৌবিয়ু। (অশ্বপতিদা খুরুম্বা)

অশ্বপতি— (মমায় ওস্থোক্তুনা লৈবা) ওঃ ঐগী আশাগী রাংলবা ফুরা খঙ্‌হৌদনা নীংখায়রে।

(অশ্বপতি কোক ঙাওহনা সিংহাসন্দা ঙাথহনা ফমথখিবা, নারদ চঙলকপা)

নারদ— নারায়ন! নারায়ন! (ময়াম্মা চপমাম্লনা খুরুম্বা)

অশ্বপতি— মুনিবর, লেঙশিনবীয়ু আসন্দা। (নারদ ফম্বা) দেবর্ষি, ঐগী সাবিত্রীবু অমুক্তা কনবীয়ু! অমুক্তা কনবীয়ু।

নারদ— ভগথৌ মহারাজ! ফিংগৎখিগনু। (সাবিত্রীদা) মঙ্গল ওইয়ু ঈমা! মঙ্গল ওইয়ু। সাবিত্রী রা পুন্নমক ঐ খঙ্‌লে। ঈমা নঙগী থাশক অসি থাদোকপা তাই।

মালবী— করম্না দেবর্ষি? সত্যবানবু সাবিত্রীগী মতিকচাবা বর্র নত্রবরা?

নারদ— মতীক চাদবগী রা নত্তে ঈমা ! সত্যবানগুম্না গুণ খিবিক্কা লৈতেংবা নিংথৌমচাদি পৃথিবী অসিদা অতাঙ্-বনি। মশকমত্তো, মহৈ-মশিং, লমচৎ-শাজৎ, শাগৈ-জাৎ পুম্নমক্কা অথোইবনি। অত্তুদা.........।

মালবী— অত্তুদা হায়রগা তোকপিরিবদি করিগনো প্রভু ?

নারদ— ঈনা মচাক অদো পুন্সী তেনবা নাপা অমনি।

অশ্বপতি— (মালবী, সাবিত্রীস্তু যাওনা) পুন্সী তেনবা !

নারদ— মানি। লুহোংলবা মতুং চহী অমা হেক ফাবা মুমিত্তা শোরদনা মহাক শিবগনি। (মরাম পুম্নমক অরাবা ফোঙ্দোকপা)

মালবী— দেবর্ষি ! দেবর্ষিনা তাকপিরিবা অদু অরানবনি হায়দুনা অমুক্তা তাকপিয়ু।

নারদ— অচুম্বনি রাণী ! (সাবিত্রীদা) সাবিত্রী ! নহাক অতোপ্পা নপুরোইবা অমা অমুক খনবনা চুম্মী।

সাবিত্রী— মপুরোইবা অমা হিংলিঙৈদা অতোপ্পা মপুরোইবা অমা অমুক খল্লু হায়না দেবর্ষিমক্কা তাকপিরবা ? রা এসি দেবর্ষিমকনা তাকপিবদা মতীক চাদে। পুক্নীংনা লেপ্লহনা রাহৈনা ফোঙ্দোকপ্রবা অত্তু কৈদৌঙৈদস্তু হোংবা য়াররোই। মহাকপু ইপুরোইবনি হায়না অমুক্তং খনপ্রবদি মাগী মপুন্সী তেল্লবস্তু শাংলবস্তু, মহাক প্রেমী ইপুরোইবনি। মপুন্সী তেনবগীদমক অস্তুকচাউবা পাপকী লম্বীদা চঙ্শিল্লু হায়না দেবর্ষিমক্কা তাকপিরিবসিবু করম্বা

শাস্ত্রদা, করম্বা পুবান্দা মপ্‌ল্লী তেনবা মপ্‌রোইববু থাদোকউ হায়বা নিয়ম লৈবগে ? পুন্সী শাংবা, মুংঙাই-য়াইফবা মপ্‌রোইবতবু মপ্‌রোইবা ওইনা নীংবা, প্‌ন্সী তেনবা মরাইবক থীবা মপ্‌রোইববুদি থুদক্তা থাদোকপা, মহাত্মন ! য়া অহু অমুকহন্না সাবিত্রীদা তাকপিরগনু ।

অশ্বপতি— অহুগী মথক্ত অমুক্না, চাকনিবগী মচা চাকনিবা !

সাবিত্রী— বাবা ! মহাকনা চাকনিবা ওইরবদি তোল্লবী নচা ঐস্থ চাকনিবী ওইরগদবনি ।

অশ্বপতি— নত্তে, নত্তে ঈমা ! মহু ওইথোক্তবা য়ানি । কৈদৌঙৈ-দসু ওইবা য়ারোই ।

সাবিত্রী— বাবা ! হৌজিক ঐনা অতোপ্পা অমগী য়াথল হেক তৌবদা ঐগী ধর্ম্ম মাঙলগনি । মুপী ওইবীগী ধর্ম্মদা অকায়বা ওইরগনি । অহুনা ঐনা লেপচরিবা অসে হোংহনবিরগনু ।

অশ্বপতি— (শাউরপ্পা) সাবিত্রী ! ঐনা ঙসি হায়রিবা থাসে মুন্না তাও । চুমগী মপা অমনা মচা অমবু মুংশিন্তুনা পাউতাক পীবা নত্তে । নিংথৌ অম্‌ ওইনা য়াথং পীরিবনি । নিংথৌগী য়াথং থওইদহুনা ঐগী রাজবংশগী লংলবা মিংচত্তা কালি তৈহনগনু । নহাক অতোপ্পা নপ্‌রোইবা অমা খল্লু ।

নারদ— মহুনা চুমগনি দেবী ।

সাবিত্রী— ঈমা !

মালবী— ঈবেম্মা, ঈমাস্থ ম্নুপীনি। অসিগুম্বা রাসি তাহ্নুনা লৈবা ওম্মক্তে। অতোপ্পা মক্কম অমদা চৎপ্রগে ঈমা ঈমা।

(চৎকে তৌবা)

সাবিত্রী— ঈমা। ঈমানা লেঙখিহ্রিবৈদা নচাগী লম্বী তাকপিরম্মু।

মালবী— তাও সাবিত্রী! ঐ নচ্‌গী নমানি। পোকপদগী ঙসি ফাওবদা পুকচেল অনি লোঙ্‌ঙক্তিবীনি। ঈমা লক্সী, অকিবা ফংলবা বনম্ভু ওইসন্নু, চাক্লবা লৈকংলাম্থু ওইসন্নু মপুরোইবা লৈরিবী ম্নুপীনা মপুরোইববু থাদোকপা কৌনদে, মপুরোইবনা লৈবা মক্কম অহু ম্নুপীগীদি স্বর্গনি। ম্নুপী ওইবীনা মপুবোইবা নত্তনা নীংসদবা লাই অমত্তা লৈতে।

সাবিত্রী— ঈমা!

অশ্বপতি— রাণী। চেকশিল্লু। মচা ম্নুংশিবা শাহ্নুনা মমা ওইবীনা মচাগী মাওনবা অরানবা লম্বী তাকম্নু।

নারদ— মানি ঈমা! অস্নুক নীংথিজরবী, স্বর্গগী লাইরেম্বীদগীম্থু হেল্লবা নঙ্‌না মতম চাদনা নপুরোইবা কায়নরবী লুপ্রা ওইহ্নুন রানা কপ্পা কপ্পা নপুম্সী লেনগনি। খঙ্‌না খঙ্‌ন হু চাবা হৌনদে, মুম্না খম্নু ঈমা! ঐ চৎলে মহারাজ! নারায়ন। নারায়ন! (নারদ থোকখিবা)

(মরাম খুরুম্মগা মেংহ্নুনা লৈহোবা

মালবী— মহারাজ। ননাই ঐম্থু সাবিত্রীবু পোকপী মমানি। মমা ওইবান খঙ্‌না খঙ্‌না মচানুপীবু পাপকী লম্বীদা

থাজিনবদি পামজদে। তোনগ্রবা মুপীসী মপোক্পা, ধর্ম্ম
পুন্নমকী মকোক ওইরবা সতীধর্ম্মবু থুগায়হনা মপুরোইবা
অনীশুনবা থোরাঙবদি ঙমজরোই। মহারাজ! মুপীওইবীগী
সতিধর্ম্ম হায়বদুবু করিস্ত লৈতনা খন্দোকপিদ্রনা করিগী
অস্তম্মা তাকপিরিবনো? নত্রবদি মপা অমা ওইনা করিগী
অচৌবা পাপকী লম্বী অসিদা চৎল্লু হায়না
তাকপিরিবনো?

অশ্বপতি— মুন্না খল্লু রাণী! পুন্সীগী লল ওইরবা ঐগী খম্মোয়বগী
তাঙলবা মণিসিবু মীত্তাংবা চাক্লিবা অমগী মচাদা পীথোক-
কপা! অদুতগী নত্তনা চহী ওন্দনা লুখ্রা ওইহৌবা!
মচুবু ঐনা য়েংহনা লৈহৌবা! হা:—হাঃ—হাঃ (খাক্লা
খাক্লা নোকপা)। মসিবু করম্বা মমা মপা ওইবনা
খাঙবা ঙমগদগে? হুং···ঐ ঙম্মোই, সুকঙম ঙম্মোই।
ইন্দ্রগী ইন্দ্রাণী ওইবমকস্তু পেল্লরোইদবা সাবিত্রীবু; ঈশ্বৎ-
মক্লা চাকনিবগী ভিক্ষাগী খুলিদা হাপ্তুনা নারক-
শীংলক্তা লৈহনখিবা! মাস সুপওই ওইরোইদবা রানি।

সাবিত্রী— বাবা!

অশ্বপতি— খঙলে ঈমা! লাউ, ঈপাগী নাক্তা! নিংথৌগী মচান্নুপী
নহাকনা চাকনিবগী মচা চাকনিবা অহুদা লৈবা হৌনত্রা?
হুংস্তাইরবা কোম্লুং থাদোক্লগা অকিবনা থল্লবা নারক
শীংলক্তা লৈরবা হৌনত্রা? ঈমা! নঙদি বুদ্ধি-লৌশিং
চঙখোনবী নত্রা? সনা-লুপা, মণিমুক্তাগী ফীজোন

থাদোক্ত্না চাক্নিবগী ফিজেৎ শেৎপা হৌনত্রা ? ঈমা নওতা ঈনাক্তা লেঙদনা লৈবিয়ু । মতীক লৈবা কনানা অশ্বপতিগী মথুস্তগী সাবিত্রীবু মুনবা ওম্বগে য়েংসি ।

সাবিত্রী— বাবা ! শক্লক যাবগী মফমদা অমুক্তা মথুংই, মচাম্নুপী থাজবা অমুক্তা মথাজে, পীগনি হায়বা ৱাহৈ অনীরক হক্লদে, ৱা অন্তমসী অনিবক হক্লদে হাযবসী শাস্ত্রগী বচননি তাজে । অতুনা নচাদি ......... মাগী মনাক্তা চত্নবা ওমজরোই ।

অশ্বপতি— তাও ঈমা ! মহাক্তি মবৈবাকসু লৈজদ্রবনি । মবল-মথুম অমত্তা লৈজদ্রবনিনে ।

সাবিত্রী— অদু ওইদ্নসু ।

অশ্বপতি— মুল্লা থল্লু সাবিত্রী ! বল্লনিনে মখোয়না লৈরিবদো, নারক্তনিনে নারক্তা ।

সাবিত্রী— মদ্না ঐগীদি স্বর্গনি, মতুনা ঐগীদি অথোইবা তীর্থনি ।

অশ্বপতি— ( শাউরপ্পা ) সাবিত্রী ! নঙ য়াদ্রে, ঐনা হায়বা লোত্রে, ঐবু নপানি থদ্রে ? অদুদি ... অদুদি ...চৎগ্রো চৎলো, হৌজিকমক চৎপিগ্রো । (ঈনবা, সাবিত্রী তুবা, অশ্বপতি) শাউনা খোকখিবা, মালবীনা কোনখৎপা)

মালবী— (কোনখৎপিতুনা) ঈমাগী ইবেম্মা !

সাবিত্রী— ঈমা, বাবাদি বিদায় পীনবিরমলে । ঈমানসু নচাবু আশীর্ব্বাদকা লোয়ননা বিদায় পীনবিরো । মুপী ওইবী

ঐখোযগীদি ঈমা নত্তনা কনাদস্থ চঙজনীংভাই লৈজদে। নচাগী নীংবা কাযঙনবিগমুনে ঈমা।

মালবী— ঈমাগী ইবেম্মা !

সাবিত্রী— ঈমা, নচাদি ঙসিদগী চাক্নিবী ওইরবনি। নচাবু নথুং-মক্লা চাকনিবগী ক্লিম্ভেং শেংপিরো অহুগা মঙ্গলগীদমক ঈমাগী লাইবক্তুগী অমাঙ্ অতা লৈত্রবা সিন্দুব অহু নম্বিবো।

মালবী— (মরাইবক্তগা সিন্দুর নাম্বগা) ঈমাগী লাইবক্তগী অমাঙ্ অতা লৈতবা সিন্দুর অসি নঙ্ ভোন্দা নম্বিববনি। ঈমাগী ইবেম্মা, ঈমানা পোকপদগী ধর্ম্ম কাযজ্ববক্তবীমক্তা ওইরববদি ঐনা ঙসি নম্লিগা সিন্দুব অসি নপুন্সীচুপ্পদা মুত্তবা ওইরসন্থ।

[সাবিত্রীনা মমা খুরুম্বা, মপাবুংগী সিংহাসন খুরুম্বা]

সাবিত্রী— (কপ্পা কপ্পা) পাবুং বিদায়,······বিদায।

[তপ্পা তপ্পা খোকথিবা, মালবী মপিতনা য়েংদুনা লৈগৌবা, অশ্বপতি ক্ষিংনা চঙলকপা]

অশ্বপতি— সাবিত্রী ! সাবিত্রী ! ঈমা ! ঈমা

[ মৈ মুৎপা।]

# নিপালশুবা ভৎপা

[ মফম—দ্যুমৎসেনগী আশ্রম। মতম—অয়ুক]

(সেবিকা ঈশৈ শক্না শক্না পোন্দা য়েঙ্খিবা উচেক অত্নুদা মচীঙ্গাক পীজরি।)

—ঃ ঈশৈ ঃ—

চান্নবী ঈতারোই নুংশিবী
নপিজ্জা কাযনৈ য়াগন্নু ॥
ওইজগে লোয়নবী পুন্সীগী
নরোল ঈরোল তিন্নদা ॥
হায়নীংবা য়াম্নু হায়ওম্দা
নীংবা কায়গন্নুকো, চান্নবী ॥

(সত্যবান চঙলকপা।)

সত্যবান— সেবিকা ! সেবিকা !

সেবিকা— দাদা।

সত্যবান— ভাইথো, ঐনা নঙোন্দা উচেকসি থাদোকখ্রো হায়দুনা কয়ারক হায়রবগে ? থাদোক্লোই হায়রিবরা ?

সেবিকা— দাদা ! মসি থাদোকপিরোইসিদা। য়েংউ, নুংশিত্রা ? মথন্তা পাইরক্নুনা তোংলরিবনে। মকোনবু শানীংলমায়ে।

সত্যবান- ঐ পামদেকো। পামদে হায়রিবসিনি। থাদ-থাদোকখো, মরাইনা পাইজখিগনি।

সেবিকা- দাদা, থাদোক্লবস্ু চৎলু হায়বা য়াদে। ফুরে লেঙ্‌দে, করিনো মতা অমনি। য়েংউ, কয়াদা মুংশিরিবা ? মতু অসিনা ঈপোন-হেক পোল্লদনা। মমীৎ অনী অসিনা অমুক হেন্না মুংশিগ্রে।

সত্যবান— মসে, মহা মায়াহৈবী অমা ওইরমহনা তোকচনিকো, চেকশিনজো। নঙ্‌না থাদোক্লীংদ্রগা ঐ হেক—। (থাদোক তৌবা)

সেবিকা- (সত্যবানবু থামহনা) দাদা ! দাদা !

সত্যবান- থাদোকপিররোই, মুংশিরে লৈজরসনু।

সেবিকা-- দাদা, মশানা চঙ্‌জরকপবু তাম্বোকপিবা হৌনবরা।

সত্যবান- করে অহুদি, নঙ, মাবু লুনা তৌবিয়ুকো। উহৈ কজবা থিহনা পীজগদবনি, ঈশিং অরুবা পীথকদবনি। মাগী করিগুম্বা অকিবা, মুংঙাইতবা অমত্তা থোকহল্লোইদবনি। থঙ্‌ঙবরা, অহু নত্রবদি ঐ য়ারোই।

সেবিকা— করে অহুদি দাদা, ঐ মানা চানবা হৈ অথুম্বা অমা লৌরুখিগে! (ঈনুংদা চঙ্‌খিবা)

সত্যবান— (পোন্দা চঙ্‌শিন্দুনা মগজাইনা পোন্দা নাল্লগা) চেন্না নঙ্‌বু কনায়নো ? লমদম কৈদগী লাকপনো ? নপিজা কনাবু থিরকপনো নত্রগা নপুক্লীংগী অপাম্বা করিবু লৈহনা মকমসিদা চঙ্‌লকপনো ? করিস্থু লৈজত্রবা চাক্লিবা

সত্যবান ঐনি। ননীং থুংহনবা ওমগনি থাজদেনে চেক্লাও। (রাখল তৌবা) নত্রগা নহাকসিবু মানা থারকপরা ? অত্থ এইরবদি, মানা করি হায়রকপা শেংনা তম্মুগবা। মাগী তান্নাবু ওমজবী খোঞ্জেলহুনা কুরম্বা মুংশি-পাউজেল পীরকপগে তম্মুগবা ! মাবু মকম অসিদা অমুক লাকখিগদ্রা, নত্রগা পুন্সীসিমগী অমুক উনররোই-দরনে ? নঙদি কোয়না পাইবা চেক্লানি, তম্মুগবা ! [সেবিকা থোঙদগী লোন্না থোক্লক্লগা লুমহুনা তাবা, খাঙবা ওমত্রহুনা থীক থীক নোকপা]

সত্যবান— সেবিকা, উচেকী মচীঞাক লৌরুনি হায়রগা অত্থক কুইনা লৈথোক্লবদি কৈদৌরে, পীজনীংত্রবরা ?

সেবিকা—দাদা নঙ উচেকী মবোল খঙত্রা ? খঙলবদি খরা তম্মীয়ুবা।

সত্যবান— হে অপঙবী ! উচেকী মরোলবু কনানা খঙঙি হায়বগে ?

সেবিকা— অত্থদি, নঙনা ওসাইমখৈ ভাঙনরিবহ্নদি করি হায়নরিবনো ?

সত্যবান— ঐনা করি হায়খ্রবগে ?

সেবিকা— মাবু অমুক লাক্লরোইত্রাকা হায়খিবহুদি ? দাদা ! কনানো মা হায়ববো ? দাদাগা হান্না খঙনব্রা উচেকসিবু।

সত্যবান— চথোকউনহৈ, মসিমা চোইভাঙ তেক ভাঙলহুনা।

সেবিকা— (উচেকী মনাক্তা চঙশিন্দুনা মনাকোংনা পোন্দা নপ-শিন্দুনা তাবা, লাপ্পা সাবিত্রী লাকপা উবা) দাদা ! উচেক্লা মা লাক্লে হায়হুনা লোন্না ঐতোন্দা হায়রিয়ে।

সত্যবান— মুংঙাইতেদা মসি অঙাংসে, ইঙাও হেক ঙাওশিন্নরদনা। সে, ঐ চৎলগেসে।

সেবিকা— (নোক্লুনা) ঙাওশিন্নবা নত্তেবে। তু (খুদোম্বী খিন্দুনা) কনানো অমা লাক্লে। (সাবিত্রী চঙলকপা, সেবিকা চঙখিবা)

সত্যবান— (মুন্না যেংলগা ইকাইবদগী খঙ্‌শিন্নদবা) কনানো?

সাবিত্রী— ঐনি, ননাই মুবীনি (মক লুকথবা)

সত্যবান— এঃ করি··· করম্বা······?

সাবিত্রী— ঈবুংঙো, নহাক্না ঐগী ইপুবোইবনি, ইঙ্গনি লেপচদুনা ননাই ওইজগে লাকচরবনি।

সত্যবান— নত্তে রাজকন্যা, মুন্না রাখল তৌখো। ঐদি বন্দা লৈবা চাক্লিবনি। নঙ্‌না নিংথৌগী মজাইবেম্মা। নিংথৌগী মচানুপীনা কোনুং থাদোক্লুনা করম্না চাক্লিবগী খাংপোক্লা' নত্তে, মতু ওইথোক্লোই।

সাবিত্রী— ঈবুংঙো, নুমীৎ অতু অমুক্তা নীংশিংবিয়ু! গঙ্গাগী লূরবা ঈশিংগী মতৌগুম্না লৈজরম্বী ঐগী রাখলনি। ঈবুংঙো নঙ্‌বু হেক উজবা মুমীত্তগী হৌনা ঐগী পরাগ হকচাং পুম্বা ঈবুংঙো নঙঙোন্দা কৎচগ্রবনি। মুমীৎ কৌবা লাইনা সাক্ষীনি, তপোবন অসীসু খঙ্‌লিনি। ঈবুংঙো নঙ্‌না ঐগী থম্মোইদুংদা ঙানবিগ্রবনি।

সত্যবান— (তুমিন্না লৈবা)

সাবিত্রী— করি তৌরে তুমিন্না লৈবীরবদে? ননাইবু চানবীররোইদ্রা? (পি শিন্থবা)

সত্যবান— অদুবু চাক্লিবগী খাংপোকশঙ অসিদা রাজকন্যা নঙনা করম্না ?

সাবিত্রী— ননাই ঐগী ভাসদগী হৌনা চাক্লিবী ওইজরবীনি। য়েংবিয়ু, নিংথৌগী কোন্নুং থাদোক্লুনা সনা লুপা মণি-মুক্তাগী ফিজেৎ থাদোক্লুনা চাক্লিবগী ফিজেৎ শেত্তুনা লাকচববীনি। হে আর্য্যপুত্র! থরাযনা উমংদা লৈরগা চকচা'না কবম্না অতোপ্পা মফমদা লুংভাইনা লৈবা য়াগদগে ? অদুনা ঈবুংঙো, থম্মোইশেংনা নিজরিবা চাক্লিবী সাবিত্রীগী প্রেমগী ভিক্ষা অসীদদি হাপ্পিয়ু। ( খুকউ লৈতানা ফীগাউশানা লৈবা )

সত্যবান— দেবী, নীংথিজববী! হৌগৎলো, অয়ুক অঙনবগী ভা-ভ্রানবা লুমৈৎকী মশেক্লা যৈবদা হরাও মোমোন নোকচ-বিবী থম্বালগুম নীংথিজরবী! ওসি, বনগী চাক্লিবগী খাংপোক্লা বাসন্তী দেবীনা ভাল্লরে। অদুবু দেবী! চাক্লিবগী মচা চাক্লিবা সত্যবাননা রাজেশ্বর অশ্বপতিগী মজাঈবেম্মা সাবিত্রীদা করি ভিক্ষা হাপ্পা ভমগদগে ?

সাবিত্রী— ঈবুংঙো ননাইদি তোল্লবীনি। চঙজফম নিজবিবীনি। ঈবুংঙোদি সৎকুল ওইবা রাজবংশনি। চঙজরকপী তোল্লবী অমবু চঙজফম পীবদি নিংথৌমচাশিংগী তৌ-গদবা নত্তব্রা ? অদুগী মপক্লা, ননাই ঐগী থরায় অসে ঈবুংঙোদা কৎচখ্রবনি। লুপী ওইবীগী ধর্ম্মবু ভাকপিবা হায়্নসিবু ক্ষেত্রীয় বংশদা পোক্লবা ঈবুংঙো নঙগী তৌফম থোকপা নত্তব্রা ?

সত্যবান— রাজকন্যা, নঙ্‌গী মা অসে, মদ্রেশ্বর— মহারাজ অশ্বপতি-গী থম্মোইদা, থৌরবা তাশোন্না থিল্লবনি হায়বাদ খঙ্‌লবরা ?

সাবিত্রী— ঈবুংঙো, অদুগী ওইরে, ··· ? ভাব তাজরে। মহর্ষি নারদকী য়াথং মতুংইন্না ঈমাসু ঐগা লোয়নজরক্কবনি, পাবুংনসু য়াথং পীনবিরক্লবনি।

সত্যবান— কদায়, ঈমা হায়বা !

সাবিত্রী— হোয়, থোঙদা লেপ্পুনা লৈরি, ইবুংঙোগী য়াথং ঙাইহুনা।

সত্যবান— এঃ করি মানো রাজকন্যা ! মদ্রদেশকী মহারাণীনা করিসু লৈত্রবা চাক্লিবগী থোঙ্‌দা য়াথং ঙাইবা !

( মালবী চঙ্‌লকপা )

মালবী— চুম্মী রাজকুমার, য়াথং ঙাইরি। গৌরীনা যোগেশ্বর মহাদেবগী থৌজাল ঙাইবগুম ঙসি, ঐগী ঈচা সাবিত্রীনা নঙ্‌গী থৌজাল ঙাইজরি। সাবিত্রী পোকপী মমা ঐসু অমত্তা পোকপী ঈচাগী সতী-ধর্ম্ম ঙাকনবগীদমক ঙসি নঙ্‌গী থোঙ্‌দা লেপ্লরি। মচাগীদমক ঙাওরবা মহা-রাজ অশ্বপতি চাব-থকপা খঙ্‌দনা লৈরি। নঙ্‌না সাবিত্রীবু লৌশিনবীহনা নপাবু মহারাজগী ঈকাইব। নংখিবা অদুগী লম্মন খুম্বা ওইয়ু।

[ দ্যুমৎসেন ঈমুংদগী মা-মাহনা থোক্লকপা শৈব্যানা চেম্মোরক্লুনা মখুৎনা শম্নগা থোরকমিন্নবা ]

দ্যুমৎসেন— মানি, অচুম্বনি, দেবর্ষিগী মফমদগী ৱা পুম্নমক তশেংনা খঙ্লবনি, অহূনা লম্মন থুম্ম, সত্যবান। মতম চারিবৈ অসিদা লম্মন থুমহৌ।

[ মপান্দগী অশ্বপতি থরায় সুংঙাইতনা কণ্ডাংনবা মঙদা চঙ্লকই ]

অশ্বপতি— অচুম্বমক্নি, তাঞ্জা অসীমক্তদা লম্মন থুমহৌগদবনি। সত্যবান! অশ্বপতিগী মচানা নঙ্গী প্রেমদা ঙাওহনা প্রেম ভিক্ষা নিরিবৈ অসীমক্তদা লম্মন থুম্বগী চপ-চাবা মতম্নি!

শৈব্যা— ঈবুংঙো! মুপী ওইবীগী সতীধর্ম্ম ঙাকউ।

দ্যুমৎসেন— সত্যবান! লৌ, সাবিত্রীবু লৌ। য়েংবিয়ু, তাবিয়ু, অচৎচত্তা জীব পুম্নমক! ঙসি মদ্রেশ্বর অশ্বপতিনা চাক্লিবা দ্যুমৎসেনগী খংপোক্তা লেপ্লরি। সত্যবান! তাইবংদা 'পোক্লগা' মীকুপ্তা মাঙ্খিগদবা শকচু, লন্-থুমসীগীদমক্তা নাপল তৌহনা লাইর-ঈনাকথুনবা খায়-দোকপা তমথিরবা সমাজ অসীগী মথক্তা লম্মন থুমগে হায়রবদি রাজকন্যা সাবিত্রীবু লুহোংহনা লৌগদবনি। অসীগা লোষননা মুপী ওইবীগী ধর্ম্ম ঙাকপস্থু নংগী নথৌনি। (অশ্বপতি ঈকায়হনা লূকখবা)

সাবিত্রী— ঈবুংঙো! (সত্যবান্দা য়েংবা)

শৈব্যা— সত্যবান! অমুক পম্বতহনা সতীব, ঈকাইবা পীরগস্থু।

অশ্বপতি— য়েংনীংত্রে ঐ, অসীগুম্বা অসী অমুক য়েংনীংত্রে। (মমায় লৈথোকপা) (মাঙবা মুনি চঙ্লকই)

মাণ্ডব্য- হরিওঁ ··· হরিওঁ। (মহাশঙ্খ চপমান্নবা খুরুম্বা)
পুন্নমকী মঙ্গল ওইসনু। গুসি, গুচ্ছোক্লা করবা মুমীৎ অসিদা স্বৃষ্টিগী মনুংদা তোমখিন ভান্নবা বর-কন্যা অনীগী শুভ-পবিনয় শোঝদনা থোক্লগনি। মহারাজ অশ্বপতি! চিংনগনু, বিবিনা তমখিবা কনানা কক্কনি? চিংনবা লৈতনা রাজকন্যাবু কন্যাদান কত্তুনা নথো পাঙ্থোকউ। [সেবিকানা পুখম অমদা ধূপ থাউমৈ, লৈপরেং পুচুনা থোরকপা, সাবিত্রীদা লৈপরেং পীবা]

সেবিকা— সে, লোবে। (সাবিত্রানা ঈকাহন্দুনা ভাইহাক লৎনবা) সে; লোবো হাযবা। (সাবিত্রানা লৈ লোবা, মালবীনা মচাগী মকোক খুমজিনবিবা, শঙ্খ-শাবিবা, মাণ্ডব্যনা মন্ত্র খাবা)

ওঁ স্বগন্ পন্থা প্রাদিশন্ন ত্রহি
জ্যোতিষ্মদ্ধ্যেহ্যজরন্ন অ'যুঃ।
অপৈতু মৃত্যুরমৃতং ন আগাদ্
বৈবস্বতো নো অভয়ং কৃনোতু॥

(সাবিত্রীনা ঈকাইনা তপ্না চড্হুনা সত্যবান্দা লৈ হুকপা, খুকহ্বা, সত্যবান্না হৌগৎপিবা)

অশ্বপতি— (নোকপা) হা-হা-হা, পেল্লে, ঐগী নীংবা থুংলে, ঐগী ঈচা সাবিত্রানা মপুক্নীংনা ঋঙ্গবা মপুবোহবগী নাক্লা থুংজরে। (মপুক্নীং পেন্দবা উত্তুনা নুংশুক মুংজাননা লৈবা)

নাশুবা— (মন্ত্র হীত্তন' নানশিবা)

ওঁ সমাণী ব আকূতিঃ সমানা হৃদয়ানি বঃ।

সমানমস্তু বো মনো যথা বঃ সুসহাসতি॥

দ্যুমৎসেন—মহারাজ, মন্ত্রেশ্বর! কদাইদনো? ঐবু অমুক্তা ঙাক-পিয়ু। [মথুং তি থোক্লুনা ঙাইবা, অশ্বপতি চঙ্শিল্লক-তুনা কোম্নবা, মাশুবা আশীর্ব্বাদ পীবমলগা থোকখিবা, সাবিত্রী সত্যবান হাইফেং-হাইফেং য়েংনবা, মালবী শৈব্যা কোম্নবা, অশ্বপতি দ্যুমৎসেন কোম্নবা]

সেবিকা— (সাবিত্রীদা) ঈনম্মা। (ময়ামপুম্বা হয়াউবা উৎপা)

# মধ্যান্তর

# সতী-সাবিত্রী

অনিশুবা যতাং

## অহানবা উৎপা

[মফম: —দ্যুমৎসেনগী আশ্রমগী লৈকোল                মতম:—অয়ুক]

[সাবিত্রীনা তুলসী মখোঙদা ধূপ থাউদুনা কত্তুনা খুরুম্লি, তাঙ্গাসিদা ভিক্ষুক অমা ঈশৈ শক্তুনা চঙলকই]

—: ঈশৈ :—

হরিবু শোল্লু পূক্নীং
কাউগন্নু মতমচুপ্পদা মাবু
পুন্সী ঈপাক্ লান্‌বদা
থেংননি অন্নাবা কয়া
নীংজখি পার্ব্বতী সতী
হরিগুম্ মবুংঙো শিব
ককুঙমদ্রবা বিধিগী কলম্
ককনি লায়না সতীগী গুন্না
মায়থীবা পীগনি যমবু
হরিবু শোল্লু পূক্নীং ॥

(সাবিত্রীনা মুন্না য়েংহন্না ঈশৈ তাবা)

ভিক্ষুক— ঈমা! ভিক্ষা।

[সাবিত্র ইমুদগী ইংবা খবদং লৌথোকলুবগা কংলি, খুকন্মী] ঈমা সতী। মঙ্গল ওইবিযু। (ভিক্ষুক ঈশৈ শক্লা শক্লা থোক্খবা, সাবিত্রী মুন্না যেংহুনা লৈহৌবা)

সাবিত্রী (মুন্না খননা, শান্তা ননা) সতী পাৰ্বতীনা শিববু নীংজখি! করম্ভমদ্রবা বিধিগী কলস্ব সতীগী গুন্না কক্কনি, অশিবগী লাহ যমবু নযগীবা পাবা ভমগনি। রা অসী অচুম্ববা? অচুম্বা ওইবনদি ঐস্সু.........। সতীগুন্না ইপুরোইববু নী গনি, পাৰ্বতীগুম ইপুরোইবগীদমক তপস্যা তৌগনি। দেবৰ্ষি নাবদনা হাযখিবা...... লুহোংবা মতুং চহী অমা হেক শুবদা ইপুবোইবগী পুন্সী লোইগনি হাযবা! মহু ঐনা অবানবা ওইহনগনি। ঈমা! ভগবতী! দেবী সাবিত্রী! নংদি শক্তিনি, ইপুবোইববু মতম চাদনা থরায মাঙ্গদোবিবা আসদগী কনবা ভম্নবা পাঙ্গল পীনবিযুক ঈমা! অচেৎপা পতিভক্তি পীনবিযু। (খুকস্ব সত্যবান থোবক্তুনা মুন্না য়েংবা)

সত্যবান— (নাক্ল-নেংবা) সাবিত্র! নংগী লাহ অসি ওন্থোক্না খুকমথবেদকো! অযুক নুংখিল, নুংদাং লাইত খুকমহুনা হেক লৈবা। করম্বা দেব-দেবীদা কবিবু নিজবিবা? লাহনীংবী ওহনবু চৎথ্রগে হাযবিববা করিনো?

সাবিত্রী— (সাড়ী মচিনা মকোক খুম্নগা ইকাইনা) ইবুঙো ননাই তোল্লবী ঐনবু কবি অমুক নিজনীংঙাই লৈগদগে?

ঈবুংঙো নঙ্গী সেবাবু মতমপুম্বদা কায়হনবিগনু অসীতনি নিঙ্গরিবা ।

সত্যবান— অতুগী ওইবে ! অতুগীবুদি । অমুক নিকত্রংসু লৈমিন্নবিবা অসি মঙাযদনা ।

সাবিত্রী— অদুমকপু ঈবুঙো! মীওইবনা খঙঙম-উঙমদবা কযাসু লৈরি। ঙসিনা করি, হযেংনা কারি, কনানা হায়বা উমগনি ?

সত্যবান— হায, অতুগীবুদি । কোন্নুংদা মুংঙাইনা লৈগদবা ঐখোয়না নারক্তা লৈবরিবা অসিনিদনা ! অসিগীম্ব মথক্তা নঙ্স্তু অমুক ৱামিন্নররেদো, নত্রা ?

(সাবিত্রীগী কোক্তা ফিজিত্থু শেমজিনবিবা, মুংশিবা উৎপা)

সাবিত্রী— ননাইগীবুদি কবিগী অৱাবা ওইগদগে? ঈবুংঙোনা লৈবিবা মফম অদু ঐগীদি স্বর্গনি। অদুবু ঈবুংঙো তুংদা থোক্লগদবশিংতু অফবা ভাক্তা ওইহনবিয়ু হাযনা ঈশ্বরগী মফমদা হায়জবদি মীওইবা ঐখোয়গী ঈথৌনি।

সত্যবান— অতুগীবুদি, নিত্তিগী ঐখোয় খুায় চঙ্না যজ্ঞ তৌরি, হোম কৎলি, অসিমঙাইদনা। অতুদা ঐনা হায়রিবদি, মী খুাইদৌনা মুংঙাইগে য়াইফগে অতু ফংগে অদা ফংগে অসিনচিংবা হায়নীংবা কয়া হায়তুনা নিজবা য়াই হাযবনি। অতুদি নত্রতুনা ইপুরোংবগী সেবা ফংজগে হায়বসিতা হায়তুনা লৈরিবসিবু হায়বানি।

সাবিত্রী— হে আর্য্যপুত্র! মুপী ওইবী ঐখোয়না ইপুরোংবা নত্তনা

করি অমুক ফংগে খল্লুনাংভাই লৈগদগে ? ইপুরোইবনা ধর্ম্মনি, ইপুরোইবনা স্বর্গনি। ইপুরোইবগী সেবা তৌবনা কর্ম্মনি। ইপুরোইবনা লম্মুম, ফিজেৎ-লৈতেংনি। মপুরোইবা লৈবিবী মুপী অহুগী করিস্মু রাজ্রিবনি, মপুরোইবা লৈত্রবী মহাক্কীদি পুম্নমক রাৎলবনি।

সত্যবান— সাবিত্রী! নঙ্গী রাশিং অসিদি, ঐ করিমতা মখা তাবা ঙমদ্রে। (ফাগী ওইনা নোক্কুনা) নঙ্ অসে, তশেংবা সরস্বতী দেবীমক ওইরবোইবু নীংলেনে। ( খুং লোম্নহুনা) যাম্না ফবে, ঈমা ইবেম্মা! তৌবিনীংবতা তৌবিবো, করিমতা য়েৎচথ্ররোই।

সাবিত্রী— (নোকফেৎ তৌনা) ঈবুংঙো।

সত্যবান— (খরা চথোকউবগা) ঙাইখো, ঐনা য়াম্না মু ঙাইত্রবা অমগা লৈবি। মসি অমুক্তা হাযগে নীংহুনা লৈবক্লি-বসি কুহুববনি, ঙাসদি তান ফনা চারে।

সাবিত্রী— (শকক্কম হাঞ্জিল্লগা কবি ওইরবনো ?

সত্যবান— নপুরোহববুস্মু অহুক নাংলবী, নিংথৌগী মচানুপী ওইবী নহাক্কা, অহুক ফজখ্রবা সনা মণিমুক্তাগী ফিজোল থা-দোক্কুনা চাক্লিবীগী ফিজেৎ শেৎলি। কোক্তা মণি-মুক্তানা থাম্নবা শমজিবৈ, খুত্তা খুদোপ-খুজি, ঙক্কা মীৎ থক্কা লংলবা হীবা মণিমুক্তা পরেং অমত্তস্থ য়াওদ্রে। করম্বা অনীংবা লৈহুনা নিংথৌগী মচানুপী নঙনা লম্বোইবী শাহুনা লৈবিবা ? মসিমতং ঐ মুংঙাইত্রি। মরমহ্ন খঙনীংঙি, শেংনা তাকউ।

সাবিত্রী— আর্য্যপুত্র! ঈবুংঙোন' নিংথৌ ওইরগা রাণী ওইদুনা থৌগল তৌজগনি ঈবুংঙোনা তপস্বী ওইরগনা ননাইস্নু তপস্বিনী ওইজদুনা ঈবুংঙোগী সেবা তৌজগে লৈজবিবী ননাইনি। তপস্বী অমগী নুপীনা কমদৌনা রাণী অমনা শেং-চাগদবা ফিজোল শেংকদগে? ফিজোল অসিমক্না ঈমা-বাবা অমদি ঈবুংঙোগী সেবা তৌজবনা পূক্নীং শেংজে, পেঙ্গে। ননাইদি করিস্নু লৈতবা লূ-ভোংগী ফজবা অসিদা থোইনা খঞ্জরুদে।

সত্যবান— শেংপতগী ঙাক্তস্নু নত্তেনে, চাবস্নুনিনে। ছন্দোরকপদা ঙাইরিবা নুমীৎকী ঙাঙ্গানবা কুচুমানবী মাযথোং অদু লৈচিল-নো'ফাইনা কূপশিনবগুম্না মম্শিলহল্লে হায়বনি। নঙনা অসিদা হেক লৈভৈদগী অমুক্তা নথ্বায় মুংঙাইনা হিাই নোক্না লৈবা উদ্রি। নংগীসি ঐনা খরা লাইরবসিদা কয়া মুংঙাইত্রমাল্লে। (হাইফেৎ শুকথনা) মুংঙাইত্রগা পাবুং ঈমাগী নাক্তা মতম খরা লৈরুখিবনা ফগত্রা?

সাবিত্রী— নত্তে, নত্তে। রাহু মতুংদা অমুকহন্না তাহনবিগনু। খরায়গা হকচাংগা তোঙান্না লৈবা য়াত্রনে ঈবুংঙো। ঈবুংঙো নঙনা ঐগী খরায়নি। খরায়গা লাপ্নবাদ শিবানি।

সত্যবান— ফাগী তৌবনিদা। নঙবুদি ঐনা শিংফাওবদা থাররোইদবনি। অগ্নিদেববু সাক্ষী থমদুনা য়াশকখিবদু নঙ কাউরত্রা? সংসারসিনা নাকল নামদা লৈগ্রবস্নু সাবিত্রী, ঐনা নঙবু কৈদৌন্নুংদা থাররোইদবনি।

সাবিত্রী- (নোক্তুনা) ফাগী তৌবদি ওন্থোক্লা হৈবিগে, মী রানবা হায়রুনা।

সত্যবান- (নোক্ল-নোক্লা) ঐদি নঙ্‌ভোন্দা রা ছাঙ্‌বকাসি কিশি ল্লক্লে কনাগী বেদ-বেদান্ত-সাংখ্য নঙ্‌ভোন্দা লোইনা লৈরে। কবপ্পা মতমদা কনাদবু তম্মুরিবা! রা অমত্তা ভাঙ্‌ঙ্‌বা য়াবা নত্তে, হা বেদনা অত্থু হায়রি, শাস্ত্রনা অত্থম লাউরি, পুরান্দা অত্থু য়াওরি। ফনদি লুদৌরি নঙ্‌গা লৈমিন্নবসি। [তাঙ্খাসিদা নারদ চঙ্‌লকই]

নারদ— নারায়ন! নারায়ন! (অনিমক্লা খুরুম্বা)

সাবিত্রী-- (খুৎলোম্লনা) দেবর্ষি!

নারদ— মানি ঈমা! ঐনি। লম্বী চৎপদগী তপোবন অসি উবদা নখোযবু নীংশিংলক্লুনা কমদৌরিবগে হায়রুনা চঙ্‌লকপনি।

সাবিত্রী— দেবর্ষিগী কৃপাদগী মুংভাইজরি।

নারদ— হায়য়ু তাসি ঈমা, বরি:কক বাহো? ঐনা হন্নোক হঙ্লিন চৎপদা নপাবুংগীদস্ত চঙ্‌ঙ্‌বা মরাই। নখোয়গী ঈ-পাউস্ত তম্মুবা ময়াইনা।

সাবিত্রী- করিমত্তা তম্বিরুগনু দেবর্ষি।

নারদ— খঙ্‌লে ঈমা খঙ্‌লে। নপুরোইবগী মঙ্গল ওইনবা রাখলতনা নখোৌ ওইবীনি নঙ্‌দি। ওসি দশমীনি, ওসিদগী চহী অমগী মমাঙ্‌ চপচানা নখোয় অনি শক-খঙ্‌নবা ...। (সত্যবান মোমোন নোক্পা, সাবিত্রী

অরাবা উৎপা, সত্যবান ঙকপা) অহুগী মতুং হুমীৎ মরিনি লৈবগা নখোয় অনিগী লুহোংবা হুমীৎ, কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী অদো ...... !

সাবিত্রী— (নুংশা থীনা) তুমিন লৈবিবো মুনিবর ! মহুগী মহুক্তা ননাই তোল্লবীদা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীনবিয়ু। দেবর্ষি, ননাইগী লাইবক্তগী সিন্দুর মুণ্ডবা ওইহনবিয়ু, প্রভু। (খুকম্বা)

নারদ— ঈমা সতী ! নঙগী অমদি নপুরোইবগী মঙ্গলগীদমক্তা, হুমীৎ হুম্নি চাদ থক্তনা "ত্রি-রাত্র" ব্রত কৎলু। মঙ্গল ওইজৌ। ঐ চংলে দেবী ! নারায়ন ! নারায়ন ! (থোকখিবা, অনীমক খুকমহনা লৈহৌবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## অনীশুবা উৎপা

[ মফম—অশ্বপতিগী তূম্ফমকা। মতম—হুমিদাং]

[ফক্লাংদা লৈই ৩৬৫ চিংই, লৈই ৩৬১ ক ক ই, পোংচৈ ফিরোল ইচাই-চাইনা তাহুনা লৈ, অশ্বপতি ফমু'দা ভাথবগা ... মুম্না য়েংহুনা লৈ, মালবীনা সেবা তৌহুনা লৈ, ইঙাও-ঙাওনা ফুক হৌগৎলগা লৈই মশীং থী।]

অশ্বপতি— থাদোকউ রাণী। (খুদোঙ্গী থক থক নীক্তা লৈইদা থিন্দুনা) অমা-অনী-অহুম-ম-রি। (অমুক হন্না গী) ... —অনী

—অ-হু-ম—ম··—রি ! হুমীং মরিনিতা মঙায়রে । মাঙদা হুমীং ৬১ নিবু থঙনা থঙনা হৌখ্রে । হুমীং অদো ···; কৃষ্ণা চতুর্দ্দশী হায়বা হুমিং অদো য়োগদবা শূপ্নগী হুমীং মরিনিতা মঙায়রে । ইস··· (মথুৎনা মমীং থুম-জিনবা) কনা কনা লৈ ! ( লৈইদা থুদোক্পী থিন্দুনা) মসি পুখোকখ্রো । মসিনা ঐবু ভাওহনগদৌরে । ঐগী অকিবা অমা মসিনা ওইবে । (মালবীনা লৌথোক্লে তৌবা ) নত্তে, নত্তে, থমখো, পুথোকপা য়াদ্রি । মসিনা ঐবু হুমীত্তু তাক্লি । [মুন্না য়েংহুনা লৈবা]

মালবী— মহারাজ !

অশ্বপতি— (থংপ্রেক থংবা) কনানো ? ···রাণী । য়েংঙু অমদগী অনী, অনীদগী অহুম, অহুমদগী মরি । মরিনি হেক শুবা হুমীত্তা ঐগী ঈচা সাবিত্রীগী মপুরোইবা শিগনি ! অসী নত্রা রাণী, দেবর্ষি নারদনা হায়রম্বদো ?

মালবী— মানি মহারাজ ।

অশ্বপতি— লু ''বা মতুং চহী অমা হেক কাবগা সাবিত্রী লুখ্রা ওইগনি হায়বা । য়েংউ লৈই মশীং অসে, চহী অমগী হুম ং মশীং অমমমতা ''ন .তাঙান-তোঙান্না চিংলবনি । হৌথিবা হুমীং মথৈম্ম ককথংলবনি ।

মালবী দুন্নী মহারাজ ।

অশ্বপতি— তে অহুনা হায়বনি । ঐনা পারিবা হুমীং মশীং অসে লান্'নি । হুমীং ··· ক শুবদা সাবিত্রী, ঐগী

অমত্তা ওায়জরবী ঈচা সাবিত্রী লুপ্তা ওইরগনি। (ইফিং ফিংনা) হা রাণী? ওসি মরিনি লৈরগা ঐগী ঈচাগী মপুরোইবা শিরগনি হায়রবা? নত্তে, নত্তে, মহু খক ওইরা য়ারোই। মহু অরানবনি হায়না অমুক্তা হায়যু, রাণী। অমুক্তা হায়য়ু। জপত্তা লৈরিবা প.য়মক লানবা য়াই। দেবর্ষিগী রাহু অরানবনি হায়না অমুক্তা হায়যু রাণী।

মালবী— লানবা য়াই মহারাজ।

অশ্বপতি— (নোক্তুনা) চুম্মী, লানবা য়াই, দেবর্ষিগী রাস্থ লানবা য়াই। (চরম পায়হুনা) রাণী! ঈশিং খজিক্তা থকে, খোঁরাংবনা চরম অসী কংলে। (মালবীনা ঈশি‌ং পীবা) নত্তে থক্রবোই, ঈশিং খোঁরাংত্রে, থক্ররোই। বাণী সে। (ঈশিং পীবা) ওঃ ঐ য়াম্না তুম্নীংলে, ওাইহাক্তা তুমখিগে।

মালবী— মহারাজ! চেপত্রিভৈগী মমাংদা ঈশিং নত্রবস্থ করিগুম্বা খরদং হাবিনবা ......। (অচা-অথক খরা পীবা)

অশ্বপতি— ঐ লোইনা ওক্রে, করিমতা চা-থক্ররোই। (তপ্পপা) য়েংভোই, য়াম্না নিন-খোংগহ্ন, ঐগী সাবিত্রী পোখাবা কায়গনি। মা. হৌজিক মুংঙাইনা তুম্নি। চৎলো! রাণী। [ অশ্বপতিনা তপ্পা. তপ্পা কমুংনা চংখিবা মালবীনা কৈজুপ শূপচিনবা, তপ্পা তপ্পা মেজী মূর্তিদা থৃংলোমহন্না]

মালবী— ঈমা.! নংদি ঐখোরগী অরাবনি ঊৎব্রবোইদকো ঈমা.

অশ্বপতি— (ইথাংখংবা. হৌগৎপা) রাণী। কনানো নংগা রারী

শারিবদো? নঙ্না ঈমা হায়না কৌরিবদো কনাবুনো? ঐগী ইচা সাবিত্রী লাকপ্রা? লাক্লবদি কদায়? মাদি ঐবু হেক উবগা বাবা হায়না হেক্তা কৌবনি। কদায় ঈমা সাবিত্রী! কদায়দা লৈবগে? নংবু ঐ উরগা কৌদ্রিবদি কবিগীনো? লাংনে চঙ্লকউনে ঈপা করিমতা শাওদে, নঙবু শাউদে, চাদ-থক্তনা নঙ্তবু ভাইহনা লৈরিবনি, লাউনে।

মালবী- মহারাজ! সাবিত্রী মফম অসিদা লাক্কে। ঐনা ঈমা হায়জবদি, ঈমা ইবেম্মা ভগবতী দেবীগী মফমদান।

অশ্বপাত- হাঃ রানী! সাবিত্রী লাক্কে হায়বা! ঐগী ইচা সাবিত্রী লাক্কে! উম চুম্মী! সাবিত্রী লাক্কে। ঐগী ঈচা সাবিত্রীদি……(শুন্দা য়েংলগা খুদোম্বী থিন্দুনা) তুঃ য়েংউ রানী! ঐগী সাবিত্রীনা চাক্লবা কালেনগী মুংশাদা খৌরাংবগী মৈচাক্লা ঈশিং থিরিনে, অদুবু কদাই-দগী ঈশিং! চাক্লিবগী থাংপোক্তবু কদাইদগী ঈশিং! মুংশাগী মৈশারক্তা খৌরাংবগী মৈচাক্লা ঈচানা ভুরেল তাম্না লৈঙোই মরক্তা চেল্লি। শারবা তোর্ব্বানগী লৈঙোইহনা মপোক্কী লৈবাক তাজক্লিবা ঈচাগী থোংলবা মখোঙ্ অদু পোক্লহনা চংপা ঙমখিদ্রে। মাঙ্দদি ঈশিংনা নীক নীক লাউনা লৈরে। অদুবু……অদুবু ঐগী সাবিত্রী ঈশিং থকপা ফংদনা লৈরে। অরাবা

খাণ্ডবমখৈ খাণ্ড্লগা উপায় লৈতহনা য়ানা হল্লক্নে খাংপোক্লা। য়েংউনে, য়েংউনে রানী! সাবিত্রী অসে কয়াদা য়া না লৈববনো?

মালবী— তাক্পিরিবা পুন্নমক অদেঃ মহারাজগী ভাবনা শাবা ঙাক্তনি! সাবিত্রীদি মপুরোইবগা লোয়ননা হুংঙাইনা লৈরি। মপুরোইবগী সেবা তৌহনা লৈজবা অহুদি স্বর্গদগী হেন্না হুংঙাইবনি হায়না মানা লৌজরিবনি।

অশ্বপতি— মপূরোইবগা লোয়ননা হুংঙাইনা লৈরি হায়বা! কয়া কুইনা মপুরোইবগা হুংঙাহনা লৈখিগনি রাণী। থাজত্রগা য়েংলরাউ। (মালবীবু মখুৎ পায়হনা চিংশিল্লগা) য়েংউ, য়েংউ (মখুৎ নীক্না নীক্না লৈই মপীং থীবা) অমা-অনি-অহুম-মরি,—মবিনিতা মঙায়রে। সাবিত্রীনা মপুরোইবগা হুংঙাইনা লৈমিন্নগদবা নুমীৎ মরিনিতা মঙাইরে। মরিনিগী তুংদা······সাবিত্রী লুথ্রা ওইরগনি।

মালবী— মহারাজ! য়া অহ্ অয়ানবনি হায়না হৌজিক্তা তাকপিথ্রবদাই।

অশ্বপতি— হাঃ অয়ানবনি হায়থ্রবরা ঐবো? (ঙাইহাক খল্লগা) উম্ চুম্মী, হায়খ্রে, য়া অহ্ অয়ানবনি হায়খ্রে। অহুদি, ঐগী সাবিত্রীগী অয়াবা করিস্ লৈতে! ঐগী সাবিত্রী হুংঙাইনা মপুরোইবগী সেবা তৌহনা লৈরি, মতুংদস্ লৈখিগনি, অহুদি—অহুদি ঐস্ করিমতা য়াদে! ঐগী সাবিত্রীনা য়ারগা য়াবনি, মানা হুংঙাইরগা ঐগীস্

হুংঙাইবনি। সাবিত্রী মঙ্গল ওইরি, হাঃ হাঃ হাঃ অহুদি রানী ঐ ঙাইহাক্কা তুমগে।

মাগমী— য়ারবদি ঙাইহাক্কা পোশ্বানবা তৌবিয়ু।

(অশ্বপতি ফমুংদা চঙ্‌গে ভৌবা)

অশ্বপতি— ঐ তুম্বা য়াদে, ঐনা তুমহুনা লৈথোক্লিভৈদা ঈচাগী মপুরোইবগী পুন্সী লৈই ককপা শোয়খিনি। (খংপ্রেক খংনা) পুন্সী লৈই! মানি ঐনা কক্লিবা পুন্সী লৈই অসি ৩৬১ শুবে, সুপ্নগী মরিনিতা মঙায়রে। মরিনি অসি হেক শুবা হুমিত্তা ঐগী ঈচা সাবিত্রী লুপ্রা ওই-গদৌরিবনি। মরিনিমকস্থ শুরক্কে। ঙসিগী অহিং অসি লোইরক্কদৌরে! অহিং অসিমগা হোৎপ্রবদি হুন্নি। ইস্, হুন্নিতা ঙায়রবা! হুন্নি অসি হেক লোইবগা ঐগী সাবিত্রীগী লাইবক্তা ঙাঙ্গানরবা সিন্দূরগী লৈতেং অহু অমুক উবা ফংগ্ররোই। নৌনা ককরবা পুম্নুম তাবা ঈচাগী খুদাংদা মোইবুং খুজিনা লৈতেংবহু অমুক উগ্ররোই।

মালবী— মহারাজ! সাবিত্রীদি ফিজেৎ লৈতেং অমত্তা শেৎ-চাখিদ্রে। বন্দা লৈবী লাইনৌংবী অমগী ফিজেৎ শেৎহোই।

অশ্বপতি— হাঃ রানী? মাবু চাক্লিবী লাইনৌংবীগী ফিজেৎ শেৎ-হৌরবা? অহুদি মাগী ফিজেৎ-লৈতেং অসিদি কনাদা শিন্নরুগনি। কদায়দা থমলুগনি। মানা হুন্দোক্লম্বা

পুন্নমক অহু ঐনা খুজিল্লগা মাডোন্দা পীরুগে হায়রহুনা পুরুরবনি। অহুবু পীথোকপা ভমদহুনা অমুক পুরক্লবনি। অহবু পীথোকপা ভমদহুনা অমুক পুরক্লবনি। অহুবু হৌজিক মসিনা মহু পুবা লিনভন্না ঐগী থম্মোইদা চীক্লেনে রাণী। ঐ অমুক থম্মিংস্রে। (কোল্লম্বা লীক্‌কোল ফিরোল পুথোক্তুনা অমমমদা য়েংবা, লৈবাক্তা থাদবা, অমুক তপ্পা খুজিনবা) নত্তে, নত্তে রাণী! হুন্দোকপা ভম্লোই। পুন্নমক অসি লৈবতনা ঐনা ভসি কাওবা তিংবা ভম্লিবনি। সেঃ নঙ্‌ লৌশিল্লো, নঙ্‌সু নমানি। চেকশিন্না থম্মু।

মালবী— মহারাজ! অমুক লাঙ্‌তক্লনা লৈগদবগী শরুকপুদি লেঙ্‌লসি তপোবন্দা।

অশ্বপতি— চৎলো, চৎলো রাণী তুম্মুরো। [রাণী থোকখিবা অশ্বপতি কমুংদা খোঙ য়াম্বহুনা ফম্মুরগা হৌগত্তুনা] (শাওনা) হিংচাবীগী মশক ওইরবী মুংশিহৈত্রবী অহিং! ওস্তোক্লসু থুনা চৎলেদা! নঙ্‌বু কাহুনা থম্বা ভম্ম-রোইদরা? ভম্লোই, ভক্ষম থোক্কে। য়েংউ! কয়াদা য়াঙ্‌না চেল্লিবা! মাগী মরুম থুপ্পা অশিবা হায়বী তমথিরবী অসিস্তু ইন্নরি। নোং হেক ভানবগা, হিংচাবী অসিনা থাক্লা থাক্লা নোক্লগা ঐভোন্দা হায়গনি, লৈই অমসু ককথৎলো হায়না। মহুমসু কক্লগা লৈহৌ-পদবদি অহুমতা মঙায়রে। মুমীৎ হুম্নি অসি হেক

শুবদা ঐগী ঈচা সাবিত্রীগী লাইবক্তগী সিন্দূর মুৎথ্রগনি, শম্খগী খুজি তেক্নুনা তাথ্রগনি লৈমায়দা। উঃ অহূদি —ঈচাগী ফজথ্রবা মায়থোং-থম্বাল অহূনা মকাফন্না শাৎলিডৈ, লৈমন্ চন্দ্রিডৈ অসিদা অমুক্কংদদি য়েংহৌবা য়াইদনা। অহূদি—অহূদি—ঐ চৎলগে—চৎলগে। (ইন্তাও-ডাওনা থোকখিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## অহুমশুবা উৎপা

[মফমঃ—দ্যুমৎসেনগী আশ্রম মতমঃ—হুমিদাংবাইরম]

[শৈব্যানা লৈ-শূ, হৈরক্নচিংবা শেম-শাহূনা লৈ, দ্যুমৎসেন মনাক্তা ফমহূনা লৈ।]

দ্যুমৎসেন—সাবিত্রীগী ব্রত লোইগদবা মতম কয়াম ৱাৎলি হায়রবা শৈব্যা ?

শৈব্যা— হোয়েন মুমীৎতাবা মতমদা লোইগনি হায়, মহারাজ।

দ্যুমৎসেন—মাবু ওসি হুন্নি অসিমক চরা হেন্নক্নি হায়রবা ?

শৈব্যা— হোয়; ওসি হুন্নি শুরে ঈশিং লীন্না অমত্তং ফাওবা মন্নাদা তাখিদ্রিবা।

দ্যুমৎসেন—করি ব্রতনো মানা কংলিবসিবো, নঙ্ খঙ্ব্রেকো ?

শৈব্যা— ঐনা থজ্জবা হায়ববু, ম'না ঐ:ভান্দা হায়রম্মী, ঈমা, ঐ অহিং অহুমদং ব্রত কৎকে, সাবিত্রী পূজা তৌগে। ঐস্নু, ফৈ ঈমা, মহুদি য়ুম্বাল্লিবী মুপী অমনা তৌগদবমক্লি হায়খি। অহুদগী নোংঙ'ল্লকপদা ওস্তানা ধ্যান তৌখি-বহুনা ওসি ফাওবা কায়ঠ্রি'গসিনি।

দ্যুমৎসেন—ঈস্, ওসি হুম্নিবু করিমত' চাখি থকখিব্রবকো ?

শৈব্যা— চাখি-থকখিদ্রে। ঐনা কয়ারক মনাক্তা চঙ্‌হুনা কৌবদা খুম্বা লৈখিদ্রে। মাগী ধ্যান কায়গদ্রা হাযবগীহুম অকিবা পোক্লে।

দ্যুমৎসেন—করিগীনি হায়ৰগে মাগী তপস্যা অসিবো ?

শৈব্যা— খঙজদে মহারাজ। হংলুরবস্নু নোক্লা নোক্লা করিস্নু নত্তেদা মহায় !

দ্যুমৎসেন—শৈব্যা, মহাকসে ঐখোয়গী মাঙ্গ্রবা রাজলক্ষ্মী অহনিন:হ। ঐখোয় খ্বাইগী পুক্নীংদা প্লুংভাইভবা পোকখিদনবা হায়-হুনা করিস্নু নত্তেদা হায়ব্রিবনিদে। নিংথৌগী, মচা-মুপী মানা বনগী থাংগোকপগু অসিদদি কদাইদগী মনীং থুংগদগে রাণী। নত্রগা, তাইখো, সত্যবানগা করিগুম্বা থৱৈ-চৈথুনা কয়া থঙ্গীবিব্রবব্রমে ?

শৈব্যা— মহুনী [illegible] মহারাজ। সাবিত্রীবা চাদ-থকনা লৈ-খিবা অসিদা-মাস্নু হাবনা করিমতা চাদ-থকনা লৈরি।

দ্যুমৎসেন—সত্যবানস্নু ? মাস্নু অমুক চয়া [illegible] ! থঙত্রেদা মখোয়না তৌরিবসি, ঐ ভাব তাশিল্লক্কে।

(সৈবিকা চঙ্‌লকপা)

সেবিকা— বাবা! বাবা! যজ্ঞগী মীং ওক্লে. হোম পীবা য়ারোই-
দোরে, থুমা মীং মীয় হুয়রি।

(মপান্না ব্রাহ্মণশিংগী বেদগান তাবা)

দ্যুমৎসেন—(ফিংনা) হাঃ! যজ্ঞগী মীং ওক্লে হায়রা? (হোগৎলগা
কোরমা-মাবা) অদুদি শৈব্যা কদায়, সত্যবান কদাই
চৎখ্রে?

সেবিকা— দাজাদি বন্দগী উহৈ থিরুবদগী হন্নকপদা ভায়হৌরি।

দ্যুমৎসেন— কররিগী উহৈ?

সেবিকা— ইনম্মগী ব্রত অসিনা হেক লোইকগা মীজনবা।

দ্যুমৎসেন— মহুদি লায়রি, কোন্না তৌবা য়াই। যজ্ঞগী মীং অসি-
নিনে লুরিবদে। পনবা য়াবা পোৎ নত্তেনে।

শৈব্যা— সেবিকা, নঙগী দাদাহু...।

সেবিকা— ঐ চৎলে, ইনম্মগী ব্রতগী মতমস্তু লোইগদৌরে।

(সেবিকা থোকখিবা)

দ্যুমৎসেন—সত্যবান! সত্যবান! (কৌবা) নঙব্ কদাইদা করি তৌরি-
বগে? যজ্ঞ অসি অরুবনি হায়না ঐনা কন্নারক হন্না
হায়গ্রবনিনেসে।

সত্যবান— (মন্নুংদগী লাকচরে বাবা। (থুনা চঙ লক্পা)

দ্যুমৎসেন—কদায় সত্যবান! হৌজিক্তা ব্রাহ্মণশিংনা যজ্ঞগী মীং
রাৎলে হায়না সেবিকাদা হায়রক্লি। হোম মীগদবা
মতমদি থাইহাক্তা মতায়রে। হৌরিক তৌগদবসি

করিনো? ঐনা পাঙল কল্লি হায়ত্না নখোয়দা হায়-দনা পাক হেক তৌবত্ম ঙমদা, লুপ্রেদা।

সত্যবান— অহুদা……! (চিংনবা উৎপা)

দ্যুমৎসেন—অহুদা নত্তেনে, যজ্ঞগী শীং ল্লাৎহনবা য়াদেনে। চৎলো থীনবা তৌরন্নুনে।

সত্যবান— ঐ চৎচরগে। (ইমুংদা চঙ্‌খিবা)

(সেবিকানা সাবিত্রী কোন্নুনা থোক্লকপা)

সেবিকা— বাবা ঈনম্মগী ব্রত লোইরে। ঈনম্মা লাক্লে।

দ্যুমৎসেন—কদায়, ব্রত লোইরবা! অহদি ঈমা! হায়া অমুক্তা পায়না তৌখো, নত্রবদি নশাদ্‌ ওত্থোক্লা চোকথরগনি।

(সত্যবান শীংজং পায়দ্‌না থোক্লকপা)

শৈব্যা— ঈমা! চারোসে, নঙ্‌গী নতৌ য়েংবা ঙমদ্রে। মী খূদিংমক নঙ্‌গী ধ্যান লোইবা মতমদ্‌ত ভাইদ না লৈরক্লি-বনি।

দ্যুমৎসেন— চারো ঈমা! দোষ করিমতা লৈররোই।

সেবিকা— দাদা, নঙনা ঈনম্মগী ব্রত লোইরগা শীজনি হায়দ্‌না হেকল্লুবা হৈশিংদ্‌ শীজরোদনা।

(সত্যবান ইমুংদগী হৈ লৌক্লরগা শীবা)

সত্যবান— সে চারোসে।

(মন্নুংদগী বেদগান মখোল তাবা)

দ্যুমৎসেন—ইহে, সত্যবান, নঙ্‌ হৌজিকফাওবা করি তৌরিবগে, থীক্লে, হোম শীবগী মতম য়ৌশিল্লক্লে হায়বনি।

সত্যবান — (ফিংনা) চৎচরে বাবা। (থুনা থোকখিবা)

সাবিত্রী— বাবা! ঈবুংঙোনা লেঙথ্রিবা অসি কদায়দনো?

দ্যুমৎসেন—কদাইদা ওইগনি ঈমা, যজ্ঞগী শীং য়াংলদনা হোম পীবা লেপ্লে তারদনা শীং য়ানবা চৎথ্রিবনি।

সাবিত্রী— শীং য়ানবা! অদুদি ঈমা! ঐবু অমুক্তা থাদোকপিয়ু। ঈবুংঙো, ঈবুংঙো, ননাইবু অমুক্তা ঊাইবিরমখো।

[সাবিত্রী থুনা চেম্থোকখিবা, ময়াম ঙক্লা য়েংদনা লৈহৌবা]

[ মৈ মুৎপা ]

## মরিশুবা ঊৎপা

[ মফম—বনগী লম্বী। মতম—মুমীৎ তারমদাই]

[সত্যবান মথৃক্তা শী ঙঙ্ থোরী পায়দুনা শীং থিবগী মওংদা কোয়েং কোয়েং য়েংদুনা তপ্লা তপ্লা থোরকই। শীং লৈবা উত্রদুনা তপ্লা তপ্লা থোকখি। মতুংদা সাবিত্রী মশম্ মনা ইকা-কানা "ঈবুংঙো, ঈবুংঙো" হায়না কৌ-কৌদুনা চেনখোরকই, কোয়েং য়েংবদা সত্যবান উত্রদুনা অমুক হুংশাথীনা কৌ-কৌদনা চেনখোকখিবা।]

[ মৈ মুৎপা ]

## মতাণুবা উৎপা

[মফম—বন মচুং                                                মতম—ম্যাচঙ্বা মতু·]

[অকংবা উ ময়া হৌরি, সত্যবানা প্রপ প্রপ চঙ্লক্লগা কোয়েং-য়েংঙ্ই, উ অকংবদু উত, খৌরী থক্লগা শী জংলুনা উদু য়াল্লি। মচুংদগী সাবিত্রী'না "উদু মানথিথিনু. থাই-হাক্লা ওইহৈবিথো" হায়না সাউরকই, সত্যবানা তাদে. অনী অহুক্লক য়াল্লগা মথুং নামনা মকোক্তা পায়দুনা]

সত্যবান— ও কোক অসি ওয়োক্লা চীক্‌প্রদা! (শীংজঙ্ থাদবা) ইস্ হেন্না হেন্না চীকশিল্লক্লে, থাঙ্বা ওমশিল্লক্লে। উঃ করিগী মৈচাক্লো 'সীদে (য়াম্না রানা) সা-বি-ত্রী! (তুথরকপা)

সাবিত্রী (চেনশিল্লকুনা তুথরকলিবা সত্যবানবু কোনশিনবা, কমথরগা মতম্বাক্তা মোন্ থাঙ্হন্দুনা হীপহনবা, মথুংনা মকোক্তা নান-নান্দুনা) ইবুংঙো! মীকুপ অমত্তং কারিবিন্না!

সত্যবান— কনানো? (সুক্না য়েংবা)

সাবিত্রি— ঐনি ইবুংঙো। মথাইবু থঙ্‌শিন্নবমনে ইবুংঙো।

সত্যবান— সাবিত্রী……।

সাবিত্রী— মানি ইবুংঙো, সাবিত্রীনি।

সত্যবান— সাবিত্রী! ঐগী অরোইবা মতম ওইরমান্নে, ঐনা শীংলুবা পুন্নমক লোইনা কায়রে। ঐ চৎলগে, মরাইবক থীরবা পাবুং ইমাগী সেবা কায়গনুকো।

সাবিত্রী— (ফিজিনা পি তৈথোকপা, মখুৎনা সত্যবানবু নানবা) ইবুংঙো ! (কপ্প)

সত্যবান-- লাইবক থীরবা ঐগী মরীদগী সাবিত্রী মঙ্‌ন্নু, ওস্থোক্লা লাইবক থীরবী ওইরেদো নোংমতা য়োনা মায়থোং মকা-লম্বা ফংজত্রিবী নঙ্‌নি ।

সাবিত্রী-- হৌপ্রবগীদমক রাবিরুগঙ্গু ইবুংঙো । অসিগুম্বা দশা অসি কিজবগীদমক ননাইনা নহালমখৈ রাজরম্বনি, অহুবু...।

সত্যবান-- অহুবু নাম্বোকপা ঙমদ্রে । তমথীরবা মতমগী থুক্তগী । সাবিত্রী, ঐ না ঙাংবা ঙমশিল্লক্রে, য়েংউ কনানো অমা লাক্লে ঐবু চৎলসি হায়রে । ঐবু পুন্দুনা পুগদৌরে । ঐ চৎলগে, ঐ চৎলগে (য়াম্না শোম্না হৌগৎকে তৌবা)

সাবিত্রী— (সত্যবানবু কোনশিল্লগা) ইবুংঙোবু মীকুপ অংক্তা ফাওবা থাদোক্লোই । কনাবুসু পুহল্লোই ।

সত্যবান— ঐ চৎ-লে. সা-বি-ত্রী, বি—দা—য় । (শিবা)

সাবিত্রী— ওঃ ইবুংঙো...! (কপ্পা)

[অঙাংবা ফীজোল শেৎলহুনা যম মখুত্তা গদা পায়হুনা চঙ্‌লকই, সাবিত্রীনা য়েংখংলকপদা উয়হুনা য়ুম্না য়েংই] নঙ্‌ কনানো ?

যম— যম ।

সাবিত্রী— (থুং লোয়না) অহৃদি ধর্মরাজ ! করি মরমগী [illegible] অসিদা ?

যম— সত্যবানগী থবাই লৌবা। (সাবিত্রীবু চখোক্লবা ঈঙ্গিৎ তৌবা, সাবিত্রীনা ঙকলপ তৌরিঙৈদা সত্যবানগী থবায় লৌরগা চৎখিবা, যমদা মুন্না য়েংহৌবা, তম্পাক্তগী সত্যবানবু তপ্পা থাংথরগা)

সাবিত্রী— সাবিত্রীনা হিংলিঙৈদা ইপুরোইবগী মথন্নায় পুখিবা ওইথোক্তবনি, ওইথোক্তবনি……।

(যমবু তান্নখিবা)

[ মৈ মুৎপা ]

## তরুকশুবা উৎপা

[মফম—আশ্রমগী লম্বী মতম—হুমিদাং]

[অশ্বপতি, মালবী তপ্পা তপ্পা চঙলকই]

অশ্বপতি— রাণী লম্বী অসিবু কদায় য়ৌরবগে? ঐবু করিমতা খঙ্‌বা ঙমদ্রে।

মালবী— মহারাজ মাঙদা লৈরিবা অসি পম্পা সরোবরনি। মহর্ষি মাণ্ডব্যগী তপোবন য়ৌরে। দ্যুমৎসেন মহারাজগী আশ্রমস্তু নক্লম্লগনি।

অশ্বপতি— মতম্না কয়াম থেঙথ্রবা।

মালবী— নোংয়াইগী মতম্মক্তী য়ৌদ্রি, মহারাজ।

অশ্বপতি— অদুদি মীথোল তাব্রা য়েংউ।

মালবী— (কোয়েং য়েংবা, নাশোল তাবা) মীথোল অমত্তা তাদে।

অশ্বপতি— (হাখল তৌবা) করিগুম্বা অৱা অনা থৌদোক্তি অমত্তা খোক্তবা ভারে। অদুনা মুংঙাইনা মখোয়পুম্বা [illegible] লৈরম্লগনি। ঐগী সাবিত্রীসু মুংঙাইনা পোথার[illegible]।

মালবী— করম্বা খঙ্‌গনি মহারাজ !

অশ্বপতি— খোক্লবদবু অসুম্বা ঈচীক-চীক্লা লৈগত্রা ? মীকপ-মীরাও-খোলনা ঈনিল- নিল্লগদবনি !

মালবী— খোক্তবা ওইসম্লু মহারাজ। ঈচাগী ম[illegible] মহারাজনা অস্লক য়াম্বা যাগ-যজ্ঞ তৌদুনা হোৎনরি। অদুগা ঐনসু "সাবিত্রী পূজা" কৎনবা মাঙজোননা মশা-মক্তা হায়জগ্রিবদুনি।

অশ্বপতি— অদুদি মখোয়গী আশ্রম য়েৌনবা প্রপ্‌ প্রপ্‌ চৎলসি। লম-চিংঙু।

[অশ্বপতি মালবী তুংথ-মাঙ্‌থ চৎপা, অনকপদা মীখোল তাবা]

মালবী— মহারাজ! মী খরা লাকপগুম তোই। [নাকল অমদগী শৈব্যানা দ্যুমৎসেন চিংদুনা পুরকপা, মালবী-অশ্বপতি মীশক খঙ্‌দদুনা নাকল অমদা তুমিন্না থেজিন্দুনা লৈবা।]

দ্যুমৎসেন—উত্রনে মখোয়দুবো ?

শৈব্যা— লম্বী অসিনগা মম্বনে করিসভা উবা ফংখিদ্রে।

দ্যুমৎসেন—চুম্মী, থাশিগী অহিংনিনা নখোয়সু ঐগুম্বা অদুম্বক উরমলরোই। ......অদুবু মী লাকপুগী নাশে[illegible] তাখিদ্রবনিকো।

শৈবা— তাস্রে মহারাজ।

দ্যুমৎসেন—অহুদি, অহুক কৌহ্না য়েংউ।

শৈব্যা— সত্যবান! সাবিত্রী! সত্যবান! সাবিত্রী!

দ্যুমৎসেন—নঙনা কৌরিবা অসিনদি মখোয় তারমগানি হায়বা নীংদে। ঐ অমুক কৌগে। হে সত্যবান! হে সাবিত্রী! (কনাম্ব খুম্নক্ত্রবহুদা) খুম্মক্তে, কনাস্থ খুম্মক্তে, মখোয় লাপ্না চৎলম্বা তারে। মখোয়বু কৌরিবসিগুম্বা ভগবানবু কৌরবস্থ লাকপা য়ারবনি, রাণী।

শৈব্যা— মহারাজ, আশ্রমদা লেঙ্ঙসি, মহুনা ফরগনি।

দ্যুমৎসেন—ঐ আশ্রমদা হনখিরোই। মখোয় হেক থেংনত্রিফাওবা ঐ হনখিরোই।

শৈব্যা— অতোপ্পা লম্বী অমরোমদগী লাক্ত্না আশ্রমদা লৈরম্বস্থ য়াই, লেঙ্লসি।

দ্যুমৎসেন—নঙ্ চৎকে হায়রস্থ চৎলো, ঐদি খিখিনি। মখোয়বু হেক ফংত্রিফাও' খিখিনি।

শৈব্যা— অহুদি মহারাজ! ঐ অম্বাইফাওবা অমুক্তা য়েংজরুগে মফমসিদা অমুক্তা লৈবিরম্মু। (শৈব্যা চৎখিবা)

দ্যুমৎসেন—চৎলু চৎলু, খঙনবা খিরকউ। [ফমহুনা ভাইবা]

[অশ্বপতি শৈব্যা তপ্প তপ্পা খজিক্তং থোক্লক্লগা লেপ্পা]

ওস্থোকপনিদা, ঐগী ঈচাশিং অহুবু কদাই তাম্না চৎলমগবা?

অশ্বপতি— (শোম্বাংননা) কনানো, খোঞ্জেলস্থ খরা খরা খঙ্বগুম তৌই, মঙোন্দা অদ্ক হংউ রাণী।

মালবী— লেঙ্‌শিনসি !

[মীখোল তাবদা দ্যুমৎসেন মনা থাঙ্গত্তুনা তাবা]

দ্যুমৎসেন—কনা কনানো ? সাবিত্রী ! সত্যবান ! করি তৌরে অসুক থেঙ্‌লবা ফাওবা হল্লক্ত্রবদে ? নখোয়বু থিবদা হৌজিক ফাওবা ঐখোয় অসিদা লৈরি। (কনামতা খুমদবা) লাউনে নখোয়বো, ঐবু শম্মলাউনে।

অশ্বপতি— কনানো ? কনানো মহাশয় নঙ্‌বো ?

দ্যুমৎসেন—ঐনিনে, ঐ। (চঙ্‌শিন্দুনা য়েংবা) ইহে, ঐ নঙবু শাউদেনে, ঐবু শমত্থুনা পুরোলাউনে।

মালবী— (শোম্থাংননা অশ্বপতিদা) দ্যুমৎসেন।

অশ্বপতি— অত্থুদি হায়য়ু, ঐগী সাবিত্রী কদায়দা চৎপ্রে ? ঐগী সাবিত্রী ?

মালবী— হায়য়ু, কদাইদা লৈপ্রে নঙ্‌গী সত্যবান ?

দ্যুমৎসেন—(তপ্পা তপ্পা মাত্থুনা হৌগৎলগা, ওক্না) নত্রবরা করিনো ! ঐগী সাবিত্রী সত্যবানলা হায়রগা নত্রবরা ? কনা কনানো নখোয়বো ? অসুক থেঙ্‌লবদা ? নখোয়সু মখোয়বু থিরিবরা ?

অশ্বপতি— মানি ঐখোয়সু নখোয়গুম্না থিরিবনি।

মালবী— খঙ্‌লবদি হায়য়ু, মখোয় হিংলিবরা নত্রগা·········?

দ্যুমৎসেন—খঙ্‌দে, ঐদি করিসু খঙ্‌দে।ঐদি, মীৎসু করিমতা উত্রবনি, নখোয়না খঙ্‌বা উবা লৈরগা থরা তাকপিয়ু, মখোয় কদাইদা লৈ ?

অশ্বপতি— (নীংবা কায়রক্তনা) শোয়ররোহ মখোয়বু অমুক উবা ফংলরোই!

দ্যুমৎসেন—কনা কনানো নখোয়বো? ঐবু খোঞ্জেল আসদা লাক-শিনবা ঙমদ্রে। ঐগুম্বা নখোয়গী য়াম্না পুক্নীং লাঙ্তক্লনা উহ।

অশ্বপতি— ঐ সাবিত্রাগী মপানি।

দ্যুমৎসেন—ওঃ মদ্রেশ্বর! (মখুৎ তিংথোক্লনা কোনগে ভোবা) কদায়, কদায়দা লৈ? (অশ্বপতি চঙ্শিনবা, দ্যুমৎসেন্না কোনবা)

[শৈব্যা চঙ্লকপা]

শৈব্যা— মহারাজ! লম্বীদসু থেংনদ্রে, অদুগা আশ্রমদসু লৈত্রে।

অশ্বপতি— হাঃ, ঐগী সাবিত্রাসু লৈত্রবা!

দ্যুমৎসেন—হাঃ করি য়াণী, সত্যবানসু লৈত্রবা! ওঃ কদায়দা লৈরিগবা?

মালবী— (অশ্বপতিদা) লেঙলসি মহারাজ। থিবা য়াবা মথৈ থিরুথিসি। (অনিমক থোকথিবা)

দ্যুমৎসেন—শৈব্যা চিংঙুনে। ঐখোয়সু মখোয়বু থিরুথিসিনে। ফংত্রিকাওবা থিগদবনিনে। হো সত্যবান! হো সাবিত্রী!

শৈব্যা— হো সাবিত্রী! হো সত্যবান!

[অনিমক কৌ-কৌহনা থোকথিবা]

[ দৈ মূৎপা ]

# তরেৎশুবা উৎপা

[মকম: — বনগী লম্বী                                                  মতম:—অথেঙ্‌বা অহিং]

[যমনা মাঙ্‌থানা চৎলি, সাবিত্রী মশম-মনা ইফা-ফানা যমগী তুং ইরৈ, সাবিত্রীগী খোঙ্‌থাং মখোল তাদুনা তুংইন্না লেংই।]

যম— করিনো সাবিত্রী ? নহাক ঐগী তুং ইল্লক্লিবরা ? মহু হৌনদে। হল্লো, নপুক্লীং ফাজিন্দুনা নপুরোইবগী অশিবা মশা অদুগী সংস্কার পাঙ্‌থোকল্লুরো। অদুনা অচুম্বা ওইগনি দেবী।

সাবিত্রী— হে ধর্ম্মগী মপু! ঈপুরোইবনা চৎপা মফমদু তান্না চৎপা হায়রবসি মনাইমুবী ওইবী ঐগী ঈথৌনি। মসিমক মুপীগী লেঙ্‌ত্রবা ধর্ম্মনি। ঐনা ঈপুরোইববু মুংশিজবা অমদি চেৎনা থাজবা অদুমক্তগী ফলনা ঐনা চৎলিবা লম্বী অসি-দগী কনানসু থিংবা ওমলোই হায়না নীংই! মপুরোইবা য়াওদনা মুপীশিংনা যাগ-যজ্ঞ তৌবা তীর্থ চৎপা, ব্রতধর্ম্ম তৌবা অমত্তা কান্নদে হায়রি। অদুনা হে ধর্ম্মরাজ! য়ুম্বাল্লিবী মুপীনা মপুরোইবগী তুং ইনবা হায়বা ধর্ম্ম অসিতদি কায়হনবীগনু।

যম— নপুরোইবা কায়নবগী অন্না-মৈচাক লাংলবী দেবী! নঙ্‌গী ককপা য়াত্রবা ৱাঙাঙ অসি তাবদা ঐ পেল্লে! অদুনা

সতী! নপুম্নোইবগী মথায় নত্তবা বর অমত্তং নিরো. মতু ঐ পীরগে, অতুগা হলহৌরো।

সাবিত্রী— অতু ওইরবদি দেব! ঐগী ঈকু নিংথৌগী নয়ন অনিমক উত্রে। ধর্ম্মরাজ নহাক্কী কৃপাদগী অমুকহন্না মীৎ উহন-বিতুনা হান্নগুম্না মতীক-মগুণ লৈবা ওইহনবীয়্ন।

যম— তথাস্তু। হৌজিক্তি লৈহৌরো, অমুক ইল্লক্লগনু।

[মায় ওন্দুনা চৎখিবা, সাবিত্রী ইন্নবা, যম্না হন্না য়েংলগা]

সাবিত্রী! নঙ্‌ অমুকস্থু ইল্লক্লি!

সাবিত্রী— ঈপুম্নোইবগী মতুং ইনবদা করিগী ম্নাগনি যমরাজ! ঈপু-ম্নোইবনা লৈবা মফমদা লৈগনি, চৎপা মফমদা চৎকনি। অতুগা ধর্ম্মরাজ! শাস্ত্রনা হায়, খোম্বাপ তরেৎত্তং ফাওবত চৎমিন্নরবস্থু মন্নপ্নি। অতুনা ঈবুংঙো নহাক্কা মন্নপ ওইনা চৎমিন্নবদি ননাইগী লাইবক ফবনি। ফং-ঙমগ্রবা অসি ফংলগা কমদৌনা থাদোক্কনা লৈহৌগদগে।

যম— ওস্থোক্না থাগৎনিংঙাইনি দেবী। নঙ্‌না ঙাঙ্‌লিবা শাস্ত্রগী চুম্নবা ম্নাহৈশিং অসি তাবদা ওস্থোক্না পেল্লে। তাও সাবিত্রী! নপুম্নোইবগী থরায় নত্তবা বর অমগা নিজখো, ঐ পীগে, অতুগা লৈহৌরো।

সাবিত্রী— ধর্ম্মরাজগী কৃপাদগী ঈকুনিংথৌগী নয়ন অমুক ফংজরগনি। হৌজিক অতুগুম্বা ঈকুনিংথৌগী মাঙ্‌গ্রবা রাজ-সিংহাসন অমদি রাজ-সম্পদশিং অমুকহন্না ফংহনবীয়্ন।

যম— তথাস্তু! শোয়দনা ফংলগনি দেবী! হৌজিক নঙ্ অমুক ঐগী তুং ইল্লক্লগনু। নঙ য়াম্না রানা উরে। (মায় ওন্থোক্লুনা য়েংদনা চৎলি, সাবিত্রীনা তুংইনৈ, উনা রানাগী মখোল তাবদা যম্না হন্না য়েংই) করিনো সাবিত্রী! নঙ্ লৈহৌগে হায়রিব্রি?

সাবিত্রী— হে দেব! ঈপুরোইবগী মতুং ইনবদবু হুপী ঐখোয়গী করি অরাবা লৈগদগে? মসিদি থোইনা মুংঙাইবনি। হে বৈবস্বত! ঐনা ঈপুরোইবগী মফমদা বরমাল্য হুকপা মতমহৃদা মৈ কৌবা লাইবু সাক্ষী থমহৃনা রাশকথ্রবানত্রা? "বৈবস্বতো নো অভয়ং কৃনোতু" হায়জখিবদ ঈবুংঙো নঙোন্দা নত্রা? অরা-মুংঙাই মতম পৃম্বদা মপুরোইবগা তৎন-থানরোই হায়না তাকপিথ্রবা অসিবু করমত্রৌনা রারে হায়না হিক্রোকদগে প্রভু!

যম— ওঃ সতী! নহাক্কী অসিগুম্বা লেঙ্ফত্রবা বেদ প্রমানগা লোয়নরবা রা অসি তাবদা ঐ পেল্লে। নপুরোইবগী থরায় নত্তবা বর অমত্তংগা নিজখৌ। মহু ফংলগা নঙ্ লৈহৌরো।

সাবিত্রী— ঐগী ঈপা নিংথৌগী মচা লৈজদে। মাগী রাজবংশ ঙাক্লনবগীদমক মতীকচাবা মচা ফংহনবীয়ু।

যম— লেপ্পমক ফংবা ওইরসনু। নপাবুংমক্কা মাম্নরবা মচাশিংনা মথং মথং নিংথৌ ওইহৃনা রাজবংশগী মিংচৎ ঙাক্লুনা

পানবা ওইসনু। রাজকুমারী! হৌজিক্তি নঙগী নীংবা থুংলবনিনা হল্লো ঐ চৎলে।

[প্রপ প্রপ চৎখিবা, সাবিত্রী ইন্নবা, যম্না হম্না য়েংলগা ঙক্না] করিনো সাবিত্রী! নঙ্ অশুম্বক ইল্লক্নি!

সাবিত্রী— হে যমরাজ! জীব পুম্নমক্কী মপুন্সী লোইরক্কবদা কর্ম্মগী মতুংইন্না ফংফম থোকপা ফল অদু পীনৈ হায়রদুনা ঈবুংঙো নঙবু "ধর্ম্মরাজ যম" হায়না মরোল অহুমদা ফাওরিবনি। অদুগা তোল্লবী সাবিত্রীগী মফমদদি করিগী অদুক ধর্ম্ম লৈবিদে প্রভু! করিগী ঈপুরোইববু পুবিরি? অদুগা অমুকস্তু মনাইমুবীবু লৈহৌ তাকপিরি? ঐগী হকচাংদা থরায়না লৈরিমখৈদি ঈপুরোইবগী মতুংইনবা তোকচরোই।

যম— সাবিত্রী নঙগী থম্মোই শোক্কবা রাঙাঙশিং অসি তাবদা ঐগী থম্মোই অসি পেৎলে। (মুংশিনা) হায়য়ু, নপুরোইবগী থরায় নত্তবা করম্বা বর অমগা পীরগা নঙ্ পেনগদগে? মদু নিরো। ঐ অমুক পন্দনা পীরগে অদুগা হল্লো দেবী।

সাবিত্রী— ঈপুরোইবগী থরায় নত্তবা!

যম— মানি, নপুরোইবগী থরায় নত্তবা অতোপ্পা বর।

সাবিত্রী— [ভাইহাক খনবা] অদুদি রাশকপিয়ু ধর্ম্মরাজ!

যম— হে সত্য! সত্যনা সাক্ষী ওইরসনু।

সাবিত্রী— হে সত্যবু ভাক্লিবা ধর্ম্ম! ননাই ঐহাক ঈচা লৈজদে। পাপ অসিদদি কোকহনবীয়ু প্রভু।

যম— তথাস্তু। [মায় ওন্দুনা চৎকে তৌবা, সাবিত্রীনা অমুক্তহন্না ইন্নগে তৌবদ উদ্না] তথাস্তু। লেম্না ফংজরো দেবী।

[থুনা চৎখিবা]

[ মৈ মুৎপা ]

## নিপানশুবা উৎপা

[মফম—যমগী কোন্নুং মতম—অহিং]

[যম প্রপ প্রপ চঙ্লক্লগা চপ লেপ্লি, হন্না য়েংই, সাবিত্রীটা মশম-মনা ঈফা-ফানা প্রপ প্রপ চঙ শিল্লকই, যমদা মুন্না য়েংহনা লৈ।]

যম— (ওক্না) করিনো সাবিত্রী! নঙ্ মফম অসি য়োল্লুকাওরদা হল্লি, মফম অসি যমপুরীনি। তাইবঙ্দা পোকপা হিংলিবা কনানা মফম অসিদা অধিকার লৈতে। অদুগা নঙ্দি······!

সাবিত্রী— ঈপুরোইবা য়াওদনা তোল্লবী ঐনা অমুক হিংলুহনা কল্লি কাল্লগনি? ঈপুরোইবনা লৈবা মফমদা লৈজরগে লেপচগ্রবী ননাইনি। অদুনা ধর্ম্মরাজ! ঈপুরোইবগী থরায় নত্তবা বর পীনবিদ্না করি কাল্লগদগে? জীবিগদবা লৈরবদি ঈপুরোইবগী মথরায় পীনবিদ্না হিংগৎহনবিরো।

যম— মহু ওইথোক্তবা ৱানি। সে, ঐ ৱা হাঁয়গে। নঙগী পতিভক্তি অসি অঙকপনি। নঙনা ঙসি ঙাঙথোরকইবা ৱাশিং অসি ঐগী পুন্সীদা কনাদগীসু তাখিদ্রি। অদুনা সতী মহাকপু ঐনা মতীকচানা ঈকায়খুম্নরি। অরোইবা ওইনা সত্যবানগী মথৱায় নত্তবা অসি মঙায়রে হায়রবা বর অমত্তংগা নিরগা নঙ হনথ্রো।

সাবিত্রী— ঈপুরোইবগী থৱায় নত্তবা অ'ত করিসু নিজরোই প্রভু।

যম— অদুদি করি অমুক পাম্লি?

সাবিত্রী— ঈপুরোইবগী থৱায়!

যম— সুকওই ওইথোক্লোই। মদু সৃষ্টিগী নিয়মদা য়াওদবা ৱানি। মহু য়ারোই দেবী।

সাবিত্রী— হে ধর্ম্মরাজ! হে যমরাজ! ঈবুংঙো নহাক্না অশেংবা ধর্ম্মরাজ হায়বদু ওইরবদি মদু ওইদবা সুকয়া-য়ারোই। সাবিত্রীগী মপুরোইবা সত্যবানগী মথৱায় শোয়দনা অমুক হন্না পীবিদুনা হিংগৎহনবিগদবনি।

যম— করি! ওইদবা য়ারোই হায়বা!

সাবিত্রী— মানি ওইদবা য়ারোই ধর্ম্মরাজ। ধর্ম্মগী মপু ওইবিরগা করিগী ধর্ম্মবু ঙাকপিদে? ধর্ম্মবু ঙাকপদি ঈবুংঙো নঙগী নথৌ নত্রা? ঈবুংঙো নত্রা হৌজিক্তা ননাই ঐঙোন্দা নচা ফংজৌ তাকপিখিবা?

যম— [তুমিন্না চঙক্লনা নৈবা, খন্থবা] মানি……।

সাবিত্রী— তাকপিরিবা অদুনা অরেপ্পা ওইরবদি করিগাদমক ধর্ম্ম-ৱাজনা চানবিরবা সাবিত্রীগী মপুরোইবা সত্যবানবু

নমদ্নী পুবিরি ? করম্না পুবিকম থোকপগে ? তাক-পিয়্ দেব। অমুক্তা তাকপিয়্।

যম— (তুমিন্না ঙক্লা লেপ্লুনা লৈবা)

সাবিত্রী— নযাথং পীনবিয়্ ধর্ম্মরাজ ! পাউথুম পীনবিয়্। করিগী তুমিন্না লৈবিরি ?

[অনিমক ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈবা]

মমা ওইবা ফংজো হাযনম্ হৌজিক্কা ননাইদা বর পীন-বিবে। অহুগা ঈপুরোইববুস্ নমতুনা পুবিরি। করম্না ঈপুরোইবা অনী শুগনি ? রা অসিমকপু করম্না ধর্ম্ম-রাজমক্লা তাকপিবিবা ? অসিরা ধর্ম্মরাজগী ধর্ম্ম হায়বদো ?

যম— (নোক্লা নোক্লা) সাধু ! সাধু ! ধন্যনি সতী, ধন্যনি। সাবিত্রী ! ককপা যাত্রবা বিধিগী কলম্দু কক্তুনা মৃত্যুব ঙসি নহাক্লা মাযথীবা পীরে। সতী, নহাক্না নকমদা ঐ মাযথীরে। সে লৌবো নপুরোইবগী আত্মা পীরবনি।

(সাবিত্রীদা সত্যবানগী থরায় পীবা)

মৃত্যুবু জয় তৌবা ঙম্নবী সতী ! পতিভক্তি চেৎলবী সতী ! নঙগী গুণ্না অশিবমকপু ঙসি জয় তৌরিবা অসি যুগ যুগান্তরদা খঙনথ্রসনু, শোন্নথ্রসনু ! নহাক্না নপুরোইবা নীংবগী অঙকপা রারী অসিনা জগৎকী খুঁগী থুদিংমক্কা থম্মোইদা মুত্তনা লৈথ্রসনু, সৃষ্টিগী মফম থুন্না শন্দোক্নুনা লৈবা ওইরসনু। চৎলো চৎলো সতী ! নপুরোইবগী মথরায়দু পুতুনা হিংগৎহল্লুরো।

[সাবিত্রীনা যমদা খুরুম্নগা হরাওনা প্রপ প্রপ চৎখিবা]

[ মৈ মুৎপা ]

## মাপনগুবা উৎপা

[মফম—অশুকপা বন                    মতম—অথেঙ্বা অহিং]

[সত্যবানগী অশিবা হকচাং তাহ্না লৈ, শৈব্যানা চিংহ্না দ্যুমৎসেন চঙ্লকই।]

দ্যুমৎসেন—মথেংনব্রেকো রাণী ?

শৈব্যা— থেংনব্রে মহারাজ।

দ্যুমৎসেন—মখোয়বু থিবা চৎখ্রিবা অনি অহ্না অমুক কদায় য়েৌখ্রবা ?

শৈব্যা— মহারাজ, খুদোং থীরবা বনগী লম্বী অসিদা মহারাজনা লেঙবা ওস্লোক্লা য়াবিরগনি। অহ্না, মফম অসিদা ঙাইহাক্তা পোথাহ্না লৈবিরম্ম। ঐ মখোয়বু থিজরুগে।

দ্যুমৎসেন—হা শৈব্যা! হৌজিকপো, নথন্তা ?

শৈব্যা— চিংনবিগন্নু মহারাজ! করিস্সু খুদোংথীবা লৈরোই। নিংথৌ রাণী অনীস্ম থেংনগনি।

দ্যুমৎসেন—করে অহ্নদি চৎলো।

[শৈব্যা থোকখিবা]

দ্যুমৎসেন—[তুমিন্না ঙাইহাক ফম্লগা]

ঐ ইথন্তা মফম অসিদা থনম্লগা মখোয় লোইনা সাবিত্রী সত্যবানবু থিবা চৎনব্রে। ঐসী থরায় ওইরিবা মখোয়

অনীবু মী পুম্নমক্কা থিবা চৎনখ্রি। ঐনা মকম অসিদা ভুমিন্না ফমত্তুনা লৈথোক্লিবসিবু চুমব্রা? (ঙাইহাক খনবা) নত্তে, নত্তে, থপ্পায লৈত্রবা হকচাংনা কাপ্পদবশুং সাবিত্রী সত্যবান লৈত্রব্দা ছ্যামৎসেন্না হিংলুহুনা করি ক'ন্নগদগে? ঐস্তু মংখায়বু থিগনি। কদায় সাবিত্রী। সত্যবান! কদাযদা লৈবগে নখোয়বু? (কপ্পা কপ্পা) মম্মীৎ অনামক উত্রবা মপা অমদি মপাঙ্গল শোল্লবী মমা লৈহৌরি হায়বা নীংশিংত্রবা নখোয়বু? কৈ, নখোয়না থওইদত্তুনা চৎথ্রবস্তু নখোয়বু ফংননবা থিগে। নখোযবু থিবদা অস্তুম্মক শিগ্রবস্তু শিগ্রসত্নু, ফরে। [মখুৎনা মা-মাত্তুনা থিবদা উদা থেংজিনবা, ঈ থোকপা, লাইবক্তা নাল্লগা] ইসে ঈ থোক্লবোইনা। [মখোঙ্না সত্যবানগী অশিবা মশা থেংনবা] হিঃ করিনো? (ফমথরগা মখুৎনা মাবা) কনানো? (খংথা থাদোকপা, অমুক নানবা) কন্যানো নঙবো? কনানো হাযবনি? (লাউনা কৌবা) শৈব্যা! শৈব্যা! অমুক্তা লাউ, ঐ কনানো অমা থেংনরে। ঐখোয়গী মাঙখিবা মণি অত্তুরা হায়না অমুক্তা য়েংলোবা। (তপ্পা তপ্পা পায়ত্তুনা য়েংবা) ওইরমগনি। শোয়রোই। ঐনা পোকচবা ঈচাবু মশক খঙদবা হৌনদে! শোয়দনা ওইগনি। সত্যবান! সত্যবান! ঈবুংঙো নঙদি লীং য়ানবদগী য়ামনপ্রত্তুনা লৈমায়থক অসিন্না নীংঙাইবা

লৈতনা তুমহনা লৈথোক্লবোইরে? সাবিত্রীনা কদায়? (কোয়য়েং য়েংবা, সত্যবানগী মথবাক্তা-পায়হনা য়েংবা) ইস্! হকচাংসিদি মিহুল য়াওদ্রেনা, মশাপুম্বা পুমঈং ঈংলেনা। মসিদি অশিবা মশা ওইবা য়াই (খংথা থাদোকপা) অহুদি কনানো? অশিবা ওহরবদি ঐগী ঈচা সত্যবান ওইররোই। কনাগুম্বা লম্বীচৎপা মী অমা ওইবা তাই। আঃ মীৎতাড়্বা, ওম্থোক্লা তোল্লিদা! মতম অসিদা ঐগী মীৎ অসিতং উজরম্লবদিকো! (মথক্লোমদা য়েংখত্তুনা) হা ঈশ্বর! চান্নবা উহনবিদ্রবস্থ মতম ভাইহাক অসিতদি উহনবিয়ুগবা! লৈরিবা মী অসি ঐগী ঈচা সত্যবান্না নত্তবরা হায়বা অহুতা খঙ্জগে! [মথুবাক্লা মমীৎ খুমজিন্দুনা কপ্পা, তপ্পা তপ্পা থাদোকপা, মখুং অনীম্ব মশেন-মবাং উবা, কোয়য়েং য়েংবা, মমীৎ উবা] ইঃ করিনো! ঐগী মীৎসি মঙাল ফংবগুম তৌইনা! (মুন্না য়েংবা) ঐগী ভাবনরা করিনো? নত্তে-নত্তে তশেংনা উরে। ঐ মীৎ উরে। (নোকপা) অহুদি নাপাহ্! (য়েংবা) মানি,মানি, ঐগী সত্যবান্নি। সত্যবান! সত্যবান! (খুমদ্রবদা) ঐগী সত্যবান শিরবা! উঃ! হে ঈশ্বর! ঐগী অমত্তা ভায়জরবা ঈচাগী অশিবা মশা অসিতবু উহনবিগে। হায়হনা মতম অস্তুক কুইনা ভাঙ্লুরবা মীৎপু করিগী উহনবিরি। করি তৌনগনি অসিগুম্বা মীৎ অসিনা? পামজজ্রে, অমুক পামজজ্রে অসিগুম্বা মীৎ অসে।

[মথুংনা মমীৎ চেংনা খুমজিন্দুনা লৈবা। তাঞ্জাসিদা রাজমুকুট পুদুনা সেনাপতি চঙলকপা, মুকুট-খাঙ দ্যুমৎসেন্দা কৎপা।]

সেনাপতি—মহারাজ! (খুরুম্বা)

দ্যুমৎসেন—কনা নো? (মুন্না য়েংবা)

সেনাপতি—মহারাজ! ননাই সেনাপতিনি।

দ্যুমৎসেন—(চক্না) সেনাপতি! কবিনো? নঙ মফম অসিদা!

সেনাপতি—মহারাজ! রাজ-মুকুট অমদি সনা খুংগং-খাঙ।

দ্যুমৎসেন—করম্না?

সেনাপতি—য়েক্লবা পুম্বা মাযথীবা পীরম্লে। প্রজা পুম্বনা খৌরাঙ্গা ঙাইদুনা লৈহৌরি। লেঙলসি কোম্নুংদা।

দ্যুমৎসেন—(মুকুট লৌরগা) রাজমুকুট! রাজদণ্ড! মাঙখ্রবা মীৎ ফংলে অদুগা মাঙখ্রবা রাজসম্পদসু ফংলে। (নোকপা) নাকল অমরোমদগী অশ্বপতি, মালবী, শৈব্যা চঙঙকপা সেনাপতি থোকখিবা]

শৈব্যা— মহাবাজ! কদায় রাজ সম্পদ? অসিনা নত্তনা মীৎসু উরবা! (হরাওবা কোঙদোকপা)

অশ্বপতি— রাজসম্পদ ফংলবা?

মালবী— মীৎসু উরবা? (অদুক্মক হরাওবা কোঙদোকপা)

দ্যুমৎসেন—ফংলে, লোইনা ফংলে, ফংদবা অমত্তসু লৈত্রে।

অশ্বপতি— লৈরি, ফংদবা লৈরি, ফংদ্রি ঐগী সাবিত্রী।

শৈব্যা— ফংত্রি ঐগী সত্যবান ......।

দ্যুমৎসেন—ফংলেনে রাণী, নঙ্গী সত্যবানদো। য়েংউ, সিদা ঈনক নক্কা লৈরেনে। য়েংউনেসে। (রাজমুকুট লংশিনবা)

শৈব্যা— (চেনশিন্দুনা) সত্যবান! সত্যবান! (নান্দুনা য়েংবা) ঈমাগী ঈবুংঙো। (মচাদা তুশিন্দুনা লৈবা)

দ্যুমৎসেন—কৌ, পেন্না কৌ, মপোকসিমগী কৌরবদস্থ খুন্নরোইদবা রাইপ অহু নঙ্গী সত্যবান্না ওস্লি হীপলি। ওমলবহি মাবু হীপলিবত্নদগী অমুক্কা হৌদোকউ।

অশ্বপতি— সত্যবান! (চেনশিনবা) কদায়দা চৎখ্রে, ঐগী সাবিত্রী?

শৈব্যা— ঈমাগী ঈবুংঙো সত্যবান! ঈচানা তৌরম্লিবসিবু করি মতৌ কৌবগে? ঈচাগী মরাইবক্তা মপোক্সিমগী খুংঙাইয়ু তমখিত্রমাল্লেদকো। হে নোংদম্বা! ওহোন্নত্র তমথীগ্রেদা। ঈশ্বর ঈবুংঙো! নহাকপু নীংজবগী কন্নু অসিরা? সত্যবান! শোল্লবা নমা নপা অনিবু, চুন্দোক্নমলগা মফম কদায়দা চৎলবগে নঙ্বু?

মালবী— সাবিত্রী! ঈমাগী ঈবেম্মা! নবুংঙোবু খাদোক্তুনা নঙ্না অমুক মফম কৌন্না চৎখ্রবগে? সাবিত্রী! সাবিত্রী!

সাবিত্রী— [মমুংদগী লাপ্পা] বাবা! ঈমা! অশিববু ঐনা মায়থীবা পীরক্লে, যমবু ঐনা জয় তৌরক্লে।

অশ্বপতি— (ওক্না) কনাগী খোঙ্জেলনো?

দ্যুমৎসেন—করি হায়বা? অশিববু মায়থীবা পীরক্লে হায়বা?

অশ্বপতি— যমবু জয় তৌরক্লে হায়বা?

সাবিত্রী— ঐনা যমবু মায়থীবা পীত্থনা ঈপুরোইবগী মথ্বায় পুজরক্লে। (ময়াম শুক্লা য়েংবা, সাবিত্রীনা সত্যবানবু কোনখৎলগা মতম্বাক্তা মোন খাঙহল্লগা ময়াদা মথ্বায় হায়্যা, সত্যবান মমীৎ পাঙ্বা, তপ্পা তপ্পা হৌগৎলকপা, মুংশিনা কোন-শিল্লগা) ঈবুংঙো! ঈবুংঙো!.

সত্যবান— সাবিত্রী···। (নোক্লা-নোক্লা মুন্না য়েংহুনা লৈবা) [আঁকাশবাণী লাউরকপা, তাঙানিদা ময়ায়া আকাশবাণী তাবা, হয়াওনা, শুক্লা য়েংখত্না তাবা, অমগা অমগা হয়াওনা য়েংনবা] সতী সাধ্বী, পতিব্রতা ওইবী, সতী পুম্নমকীগ্গী অথোইবী, সতী শিরোমনি ওইরবী দেবী সাবিত্রীনা মাগী সতীগী গুণতনা অশিবমকপু জয় তৌহনা, শুসি মনুং মতম চাদনা শিরবা মপুরোইবা সত্যবানবু অনুক হিংহল্লে। অসিগুম্বী সতীগী গুণবু যম ঈশামক্লা শন্দোক্লিবসিনি। "কনাগুম্বী মুপীনা শ্রদ্ধা ভক্তিগা লোয়ননা ব্রত কত্না সাবিত্রী-চতুর্দশীদা সাবিত্রী-পূজাবু কৎচরবদি মতম চাদনা মপুরোইবা কায়নদবা হায়বচ্ছ ওইরসনু···।

শৈব্যা— ঈমাগী ঈবুংঙো সত্যবান! (কোনবা)

সত্যবান— ঈমা······।

মালবী— ঈমাগী ঈবেম্মা সাবিত্রী! (কোনম্নিবা নানবিবা)

সাবিত্রী— ঈমা······।

দ্যুমৎসেন—মরূপ! (অশ্বপতিগা কোম্নবা, হয়াওবা)

[ মৈ মূৎপা—মুথুল হাইথবা ]

—ঃ বিশ্রাম ঃ—